# পুন্সি তরাম্নরি

## ( অঙাংশিংগী পানবা )

শ্রীটিকেশ্বর শর্ম্মা

[illegible]ুখা অহৈবগীনি মমল ১·২৫

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকনা নিওলিটরেট ওইনা থল্লবা

অকোংবা

লাইরিক ইবা

১৯৬৯ জানুয়ারি








ছাপা :—

ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স ইম্ফাল।

# নিংশিংজবা।

মহাপুরুষ, মথৌনা-নৈবা, লৌশিং চাওবা মীশিংগী পুন্সি রারী পারগা অপাবা মীদা অইন্বা রাখল অমা পোক্লকই। মাহু মমল য়ামই থল্লুবা অমদি মাহুনা নৌনা হৌরক্লিবা নহারোলশিংদা তেংবাং থরা ওইগদরা লৌরুবনা, 'পুন্সি-তরামরি' কৌবা লাইরিক মচা অসি ইথিবনি। চিংথ-নাম্ব-অশোই-অরান চামা-থোক্লা ভাকপিগনি।

চংজরিবা ঃ
লাইরিক ইবা।

# পুন্সি তরামমরি

---

## শাক্যবংশ অমদি বুদ্ধদেব

মমাংঙৈদা অযোধ্য'দা ইক্ষ্বাকু শাগৈদ সুজাত কৌবা মতিক মগুণ চাওবা নিংথৌ অমা পা'ল্লমই। মহাক মচানিপা অমস্তুং মচা'নুপী মভা-মভা পোকই। মচানিপা শিংগী মমিং মথংশিংনা ওপুর, নিপুর, করকুণ্ডক, উল্ক'মুখ অমদি হস্তিশীর্ষক—মচ'নুপীশিংগী না শুদ্ধা, বিমলা, বিজিতা, জলা অমস্তুং জলী কৌই। হায়রিবা মচাশিং অসি নত্তবা মহাক্কী 'জেন্তু' কৌবা অতোপ্পা মচানিপা অমস্ত লৈরমই। অকোন-বগী মচানিপা অ'সদি মহাক্কী মহারাণী অহনগী চানবা মতা অমগী গর্ভদা পোকপনি। মতা অসিগী মমিং 'জেন্তি' কৌই। মরম অসিদগী মচানিপাবু 'জেন্তু' কৌনখি।

মতম অমদা নিংথৌ সুজাতনা জেন্তিবু ত'লোইগী ভাবতা মিৎয়েং তানিংবা উৎখিরমই—জেন্তিনস্থ ভক্তি নোল্লুক্না মনিংথৌগী সনা পুকনীং থুংহনখিরমই। মতাং অসিদা মহাক্কী ভক্তিগা লোইনবা সেবাগী থৌওংদা নিংথৌ সনা পুকনীং থোইদোক্না পেনখিরমই।

মাসিগী দমক্তা নোংমা নিংথৌনা জোত্তিদা মহাক্না অপাম্বা বর অমা নিজৌ তাকপীখি। ফংঙমত্রবা নিংথৌ সনা য়াথং অদু ফংবদা জোত্তিনা পুকনীং লৈতানা খম্বখি ঃ—'হৌজিকমক ইনিংথৌগী মজা ইবুঙ্ঙো মণ্ডা চং-চং লাওনা লৈরি। মজা ইবুঙ্ঙোশিং অসিনা নিংথৌগী সিংহাসন অমদি সম্পত্তি পুম্নমক ফংফম থোকই। ঐগী ইগাগীদি ফংবা য়াবগী থোইদোকপা অচেৎপা রাফম লৈতে; অদুনদি ঐগী ইগানা সিংহাসন ফংজ্ঞা য়'বা থৌওং অদু শিলহৌকম থোকই' অসূম্না খন্দুনা জো'ন্তিনা নিংথৌ সনা চরন্দা "মহার'জ ইবুংঙো! ননাই তেঞ্লবাদা বর পীনবিগে, সনা পুকনীংদা লেপ্পিরবদি নজা ইবুঙ্ঙো মণ্ডাবু বন্দা লৈহনথগা ননাই ঐগী ইচানিপাদা সিংহাসন পীনবিয়ু" হ'গচ্চখি।

রা অসি হেক তাবদা নিংথৌ স্রজ'ত সনা মাযথোং লাংশিন্দুনা লু-লুক্কুনা লৈখি। তৌটওম্বম্বং সংকেত্রি মচা'শিংগী হায়দো'কখিবা রাকম ভাক্রবা য়ান্বা ওইবনা বর অদু পীবদা মাইওনবদি তৌরমদে।

নিংথৌনা জো'ন্তুদা 'নওনা অপা'ম্বা অদুমক পীরবনি' সনা য়'থং লোইথখরে। সনা য়াথং অসি তাউথ'খিব' অমদি নিংথৌ সনা মাইথোং লাংশিনবগী ম'ও অসি মথং মথং শন্দোকখিদুনা মজা ইবুঙ্ঙো মণ্ডাগী নাকোং যোরবদা, মপা'গী য়াথং ঙাকপত্তনা মচা ওইবশিংগী অথোইবা তপস্যানি, লক্ষ্মি, ধর্ম্মনি, হ'ম্বনসিদা পুকনীং হকচাং অমত্তা ওইনা থাজ-থ্রবা মজা ইবুঙ্ঙোশিং সনা না'ক্তা থুংলরে। মথোয় মণ্ডানক নিংথৌ সনা চরণ থুকম্লগা মপা নিংথৌ, মমা ইবেম্মা মহারাণীশিং অমদি নিংথৌগী পুকৈ-লনগৈ পুম্নমক থাদোক্কুনা বনগী মাইকৈ তম্লকখি।

মখোয়না বনগী মাইকৈ ভয়রুপাসিদা প্রজাগী শরুক অয়াম্বম্ভ ভুং ইন্নরকখি।

ময়াম অসি মফম কয়ামুক কোয়রুরগা মমৈথংদা হিমালয়গী লমদমদা রোহিনী তুরেলগী মপান্দা শকোট বন্দা থুংলখি। পাক্লবা বন অসিগী ময়াইদ কপিল কৌবা ঋষি অমা লৈ। মজা ইবুঙেঙাশিং অসি ভুং ইন্নরকপা প্রজাশিংগা লোইননা শকোট বন ময়াদা লৈখি। শকেট বন ময়াদা লৈ'খ হায়রুনা মজা ইবুঙেঙাশিং অসিবু শাক্যবংশ হায়না খঙনখি

সুজাত নিংথৌগী মজা ইবুঙেঙা অহন ওপুরনা শাক্যবংশগী অহাম্বা লুচিংবনি। শাক্যবংশ ইক্ষ্বাকু বংশগী মসা অমনি। মজা ইবুঙেঙা মঙা অসিনা কপিল ঋষিগী য়াথং মতুং ইন্না শকোট বন ময়াদা ফজরবা থুঙ্গং অমা শেমখি। কপিল ঋষিগী য'থং মতুং ইন্না শেমথি হ'য়রুনা মফম অসিগী মমিং 'কপিলবস্তু' থোনখি।

ওপুরগী মতুদ মখ মনাও নাইনা নিপুর, করকুণ্ডক, সিংহহনু নচিংবনা নিংথৌ ওইখি

নিংথৌ সিংহহনুগী মজা ইবুঙেঙা মরি, নজা ইবেম্মা অমা পোকখি। মজা ইবুঙেঙাশিংগী মমিং শুদ্ধোদন, ধৌতোদন, শুক্লোদন অমদি অমৃ-তোদন কৌই।

সিংহহনুগী মতুংদা মজা ইবুঙেঙা অহন শুদ্ধোদননা সিংহাসন ফংলৌই। শুদ্ধোদন নিংথৌগী ঔরসবা মায়া দেবীগী গর্ভদা বুদ্ধদেব পোকই। মায়া দেবী মচাগী মাইথোং উবা সুমিত্তগী তরেৎনি শুবদা সংসার থাদোকখি। বুদ্ধদেবনা পোকখিবা সুমিৎ অসি বসন্ত মতমগী

অঙান থাগী পূর্ণিমা নুমিৎনি মফম্না লুম্বিণী বননুংদনি। মহাক্কী মমিং সিদ্ধার্থনি কৌই। সিদ্ধার্থ হায়বগী অর্থদি পুন্সিদা লম্বী অমা মতোল লেম্না পাংথোকপা ওমথবা হায়বনি।

নোংমা নুমিৎ অমা নিংথৌ শুদ্ধোদনগী ব্রাহ্মণ ঋষি অমা কৌ্হনা মচাবু য়েংহল্লমই। ঋষিনা অঙাং অমুগী মশাদা য়াওরিবা অঙকপা খুদমশিং য়েংলগা "নোনা হৌবক্লবা অঙাং অসিনা নোংমা ওইবংদা মুক্তি পুবিরকনি। অমুগা মহাক অসিনা নোংমা অনাবা মী, অহল ওইমনবনা য়ারবা মী অমসুং অশিবা মী, হায়রিবশিং অসি উরুবদগী তাইবং মায়া থাদোকখিগনি।"—হায়রমই।

ঋষিনা তাকপীবা সিদ্ধার্থগী তুগী পুন্সিদা ওইরকদাবা অমু তাবদা নিংথৌ শুদ্ধোদন থোইদোক্না নিপাইরমই। অমুনা মহাক্না মচাবু মুশিজবা মরুনা মচাবু মথম মথেলগী হরাও ওয়ামদা লুপহল্লবা হোৎনরমই। অমুগা থীন্দনমকসু মচাবু গোপা কৌবী মশক মতৌ চংথোল্লবী নৈশাবী অমগা লেইননা লুহোংবিরমই।

মতৌ অসুম্না সিদ্ধার্থ কোমুং মপানগী ওইবা জগৎ থোঙথাংদা মডি ইলৈ লৈনদনা ফাদোক্নুনা পুন্সি লেনবা হৌরকখি। অমুবু মায়াগী থৌরীনা মহাকপু কয়া কুইনা পুন্দুনা থম্না ওয়গে য়েংলি! মতম অমুদা, থৌরীনা পুল্লবা শামু লমশংনা কাংবুলক্তা তিল্লিংবগী থৌরাংবগুম মতোন্দসু মপান-তাইবং য়েংনিংবগী থৌরাংবামু শাফু কম্না কাওরমই!

ওসি শোইফত্রবা নুমিৎ অমু থোকদৌরি! লম্বী কৈথেলচিংবা মতিক চানা লৈতেংগ্রে। সিদ্ধার্থ মপান তাইবং য়েংবা থোরক্রে। মহাক্না মথং মথং অনাবা মী, হমুমনবনা য়ারবা মী, অশিবা মী থেংনরমই। মমৈথংদা মহাক সন্ন্যাসী অমসু উবা ফংখিরমই।

মতাং অসিদগী মহাক, অহ'নবগী অহুম অসি মীওইবা খুদিংগী নাস্তোকফত্রবা মরাইবকনি হায়বসিগী মরমদা রাখল থিংজিনবা হে রকই।



বুদ্ধদেব

কোম্নুং য়োরকপদা গোপা অঙাং উনবগী প'ও অমুক তারমই। মচানিপা অমা পোক্লে হায়বা পাও অসি তাবদা মায়াগী থৌম্নিনা হেম্না চেৎনা পুনথিনি কিবনা অচুম্বা ফংনবা থিবদা কোম্নুং অমদি

তাইবং মায়া থাদোক্লগে লেপ্লমই। মহাকী য়ায়েপ অচু খিন্দনমকসু থবক্তা ওস্থোক্লমই।

অহানবদা মহাক ত্যাগ অমা ওইনা মকম থুদিংদা কোইরমই। ময়ৈথংদা উরুবিল্ব থুঙংদা লাকখি। মকম অচুগী দৃশ্য উবদা গুম্মংতুনা অচিকপা নৈরঞ্জন তুরেল মপান্দা অকনবা তপস্যাদা মপুকীং লুপতুনা লৈ। মকম অসিদা মহ'ক চহি তরুক লেপ্লক্রে। মতুংদা থুন্সং আসদগী থরা চংলগা খোংনাং বট অমগী মখোংদা অমুক হন্না অকনবা তপস্যা পুতুনা লৈরখি। হন্দক্তি মহাক্কী থম্মোইগী অময়া শরুক কে'কখিতুনা জ্ঞানগী অশেংবা মঙাল ফংখি।

মঙ'ল অসি ফংবদগীদি মহাক্কী মমিং বুদ্ধ হায়না খঙনখি; বট অচুনা বোধিদ্রুম হায়না কাওখি। বুদ্ধদেব ভগবানগী অবতার তরাগী মমুংদা অমনি।

---

# ব্রুস

স্কটলণ্ড লৈবাক্কী মশা মতোমতনা লেঙদবা নিংচৎ থম্নবা মথৌনা লৈবা নিপানি। মহাক খৃষ্টাব্দ ১২৭৪ দা পোকই; খৃষ্টাব্দ ১৩২৯ দা মপুন্সি লোমখি।

ইংলণ্ডগী অহানবা নিংথৌ এডৱার্ডনা স্কটলণ্ড জয় তৌগে লাকখিবা মতমদা ব্রুসনা মরৈবাক থাদোক্কুনা য়েক্কবা মীচংদা য়াওদনা মনীং মথা তম্না লৈজবা পাম্বা মজাতিগী মনীং তম্বা মাংনবা থবক্তা থুংলাই পায়খি।

নোংমা লানফম অমদা মহাক্না মমা লৈবাক্কী স্কটিশ লান্মী কয়াবু মাইথীবা পীরগা লানশদা হুপ্পিল্লক্কুনা চাক চাপে থৌরাংখি। নুমিৎ অদু মহাক চাব-থকপা ফংদৌদনা অকনবা লানফম অমা থেংনকবা ওইবনা অরাম-খৌরাং বনা ভাওরংই। অদুনা মহাক মখুৎ-মশা হাম্বা, মচিন-মথা তেংবা তৌদনা ঈনা ঈভাং তৈরবা মখুৎ অদুনা চাক চথেম পায়দুনা ময়াদা লুকে থৌরাংখি। তাঙ্গা অদুমক্তদা ইংরেজ সেনাপতি অমনা মন ক্রু লৈবা মরুপ অমদা নোক্ক-নোক্না "য়েংউ মরুপ! ঐখোয়গী মরুপ অসে মজাতিগী 'ঈ' থকদোরি" হায়রকখি।

সেনাপতিগী ৱাহৈ অসি হেক তাবদা থুনক্কা ব্রুস, মখুৎতা পায়রম্বা চথোম অদু থাদোক্কুনা মজাতিগী মাংনবা থবক্তা পুন্সিগী থুং থিংজিন্নোই হায়না মপুকনীংদা লেপখ্রে।

অঙকপনি, ক্রুসকী মথৌনা অমদি মরিংজেল! অরাম-খৌরাংবনা মখোঙ থাংবা থোক্লমম্রবা মহাক অদো, ক্লৌজিক্তি মথৌনা অমদি মরিংজেলতনা অরাম খৌরংবা কোক্ত্না মশানা তাপ্পা অমা য়েংলগা ইংরেজ শক্তিদগী হাইদোরক্তুনা মজাতিরোমদা চংলক্লে।

মতাং অসিদগীদি মহাক্না মজাতি লাম্মীগী লুচিংবা ওইহুনা মখা লৈবাকপু মাইথীবা পীগে হোৎনরিবা ইংরেজ লাম্মী তম্না ফুজিল্লক্লে। মহাক্কী মথৌনা অমদি মরৌশিংগী মমাংদা ইংরেজ লাম্মী লেপ্পা বানা থোক্লমই। থৌদৌ অসি উবদা ইংরেজশিনা ক্রুসপু ফাননবা মথক মখা অযাম্বা পাম্বৈ শিল্জিন্নরক্লে। ভৌইগুম্বসুং মখোয়না হোৎনবা পূম্বা ক্রুসকী চাংদম্নি ভাই লৈতবা লৌশিং, অথাং কনবা, মথৌনা অমদি লান্দা চৈ শিংবগী মমাংদা অরেম্বা তারমই। মতৌ অসূম্না ক্রুস খৃষ্টাব্দ ১৩০৬দা স্কটলগুগী নিংথৌ খুভম ফংলে। নিংথৌ ওইরবা মতুং খৃষ্টাব্দ ১৩১৪দা ব্যান-নেক কৌবা মফমদা ইংরেজগা থেংনখিবা লানফমদা মাই পাক্লুনা মহাক্কী খুভম অমুক হেন্না চেৎশিনখি।

মতুংদা খৃষ্টাব্দ ১৩২৭দা ইংরেজগা অমুক চম্না শোক্লবা লান-ফমদা অমুকস্তু জয় ওইখি। মতাং অসিদগীদি ইংরেজ নিংথৌনা ক্রুসপু মনিং-মখা তম্বা নিংথৌনি হায়না লৌখি।

চাংদম্নবদা তাঙনা থোক্লবা নিপা অসিগী মরমদা অসূম্না হায়নবা লৈ—মহাক অসি ইংরেজগা অকনবা লান থেংনরকপদা মথংশিংনা তরুকলক মাইথীবা ফখিরমই। মতম অতুদা জয়গী আশা থাদোক্লুনা লান লেপ্পনহুম ফরগদরা খল্লমই।

অসূম্না মরৈবাক মজাতিগী থক্লুবদা য়াংমনখিবনা রাখল পুবা ওম্লক্তহুনা মহাক চৈংগী লোকমুং অমরা লোৎতুনা পোথারমই।

মহাক রামনখিবনা অমদি চোকথমনখিবনা সুংঙ্গ্রেং মুঙ্গাই মরক্তা অমুক ছিপ, অমুক কম, তৌদুনা মরৈবাক মজাতিগী রাখন্দা পুকনীং লুপতুনা লৈরমই ।

ইংরেজ লান্মীনা মশিং হেনমনখিবসিদা মখোয়মবু মায়থীবা পীদুনা করম্না তাম্বোকপা ওমগর্ন খল্লবা রাখম্না ক্রুসদা চময়বা অমা



ববার্ট ক্রস

ওইনা থোক্লমই । অদুনা মহাক লাল লেপতুনা সন্ধি তৌরগে নিংলমই। রাখল অসি খল্লিবৈ মতমদা মি মচা অমনা লোকনুং অদুদা মিরাং থাকে হোৎনরকই।

মি অহুনা মহাক্কী মখুন্দগী লং অহু য়োঁহন্নিংবা মকম য়োঁনবা হোৎনরকপদা চোংবা য়োঁবা ওমদবনা মহাক মশামক লৈবাক্তা তারমই।

অস্থুন্না মহাক নীওহন্নবা তৌদনা হন্না হন্না হোৎনবদা মভারক লৈবাক্তা তারমই। পীক্লবা জীব মচা অহুনা নীওহন্নবা তৌদনা ওগগে তান্নিবা কুম অহু ক্রসনা মমিৎ থিৎনা য়েংলমই।

মি অহুনা তরুকলক শুবা খোওফমনস্থু য়োঁবা ওমদবদগী লৈবাক্তা তারবদা ক্রসনা 'অপংবা জীব মচা অসি হন্দক্কি শোইদনা হোৎনবা থাদোক্লগনি' হায়রমই। তৌইগুম্বস্নুং জীব মচা অসিদি ক্রসনা খল্লিবা অহুদি ওইরমদ্রে। মি অসি রারে, চোকথরে—অহু ওইয়বস্থু নীংবা কায়বা তৌদনা অমুকস্থু হন্না য়োঁনিংবা মকম য়োঁনবা চোংলকই। তরেৎলক শুবা খোওফম অসিদদি মহাক্কা য়োঁনিংবা মকম য়োঁহুনা মিরাং শাবা হৌখ্রে।

মাহু উৎদা ক্রসনা 'অওকপানি। মথোঁনা লৈবা জীব মচা অসিনা নিংথোঁ ঐওোন্দা -মল যাম্নবা পারা অমা তন্বাবি।'

ঐস্থু নীওহন্নবা তৌদনা য়েক্লবা খুত্তগী ইমা লৈবাক কন্নবা অমদি যেক্লবৰু তাস্তোকথনবা অকিবা লৈতনা লানফমদা চংলগে' হায়রকই।

অস্থুন্না থন্দুনা ক্রসস্থু তরেৎলক শুবা লানফমদা সমুদ্র পাখকপা ইংরেজ শক্তিবু মাইথৈবা পীবা ডমথি।

---

# সোলন

আথেন্স খুঙ্গংগী মমিং চংপা আইন-কানুন হোৌদোকপা অমসুং গ্রীসকী জ্ঞান লৈবা তরেৎকী মমুংদা লুচিংবা অমনি ।

মহাক খৃষ্টঃ মমাং ৬৩৮ সালামিস দ্বীপতা পোকই। আথেন্সদা দর্শন-বিজ্ঞান তম্লগা হেনগৎপা জ্ঞান তানশিন্নবগী দমক্তা অত্তোপ অ-তোপ্পা লৈবাক্তা কোইরমই ।

মীরৈবাক্কী মযুমদা হল্লক্লগা মহাক ইহান হানবদা হিংবা য়ানবগী দমক্তা লল্লোন ইত্তিক্তা চংলমই । মমৈথংদা মহাক মমিং চংপা কবি অমা ওইখি।

মহাক্কী পে ক্লক্ষম লমদম সালামিস আথেন্সনা য়েক্লবা খুত্তা তাগ্রবদা মহ'ক্না পে'ক্লক্ষম লমদম অমদি মজাতিগী মরমদা থম্মোই শোকপা শৈরেং অমা ই। শৈরেং অদু হন্না হন্না পাবদা মমা লৈবাকপু য়েক্লবা খুত্তগী অমুক হন্না লৌশিন্নিংবগী ঈচেল অমা থম্মোইন্নুংদা ফ'ওরকখি।

অঙকপনি শৈরেগী মগুণ। শৈরেং অসি ইরমত্রবদি, মমা লৈবাক কম্নিংবগী রাখল অসি মত্তোন্দসু পোক্লম্লোইদৌবনি !

মমা লৈবাক্কী মরমদা শৈরে ইক্লবা অমদি মাদু হন্না হন্না পাক্ল-বদগী সে'লম্না মজাতিগী লান্মী ত্তেঙ্গোল শেমগৎতুনা মমা লৈবাক কম্লনবা থৌরাংলক্লে।

মতম অসিদা লৈবাক প্রজানা লান্মী ত্তেঙ্গোল পূম্নমক্কী লুচিংবা ওইনা মহাকপু থল্লে।

হৌজিক্কি সোলন মশামক্তা খোঙমী লান্মী পূন্নমক্কী লুচিংবা ওইছুনা লানগী য'ত্রা তৌরক্লে ।

মহাক্কী পুকচেল শেংবা, চোংনবা কনবা অমদি মথৌনা লৈবা উবদা ঈশ্বরনা থৌজানবীছুনা সাল'মিস কৌবা ফজরবা দ্বীপ অমুক হন্না ফজহল্লে ।

মমা লৈবাকপু অমুক হন্না শেক্লবা খুত্তগী কল্লবদা লৈবাক প্রজা পূন্নমক্তা সোলনবু মথৌয়গী লুচবন হ'য়না শীথানরে ।

মক্তুংদা মচিনতেংবা অঙম-অথৌ পূন্নমক্তা হ'য়জবগী মতুং ইন্না মহাক্তা মরৈবাক মজাতিগী চাউথংনবা হিরমদা অ'ইন-কানুন শেম্লমই । মহাক্তা শেম্লিবা লেনচং অতুদা মচাক্কী চাদম্লিংঙাই লৈতবা জ্ঞান অমদি হৈ-শিংবগী খুদম মংক লানা উবা ফ'ই । মাছু উবদা লৈবাক অছুগী অঙম-অথৌ অমসুং অহৈ-অশিং অপুম্বা অচকপা কংনরমই ।

মতাং অসিদগীদি মহাক্কী মিচং মাইকৈ মরিদা শন্দোরক্লে । মতুং অসিদা মহাক অমুক অত্তোপ অতেপ্পা মাইরৈবাক য়েংনিংবদগী মরৈবাক থ'দে ক্রুনা স'ইপ্রস, এসিয়া মাইনর, মিশরনচিংবদা কোইচং চৎতুনা চহি তর'মুক লেম্লমই ।

অসুম্না হায়নৈঃ—মহাক্তা লৈবাক অমুম কোইরকপদা নোংমদি ইথঙ্ খঙহৌদনা লীডিয়াগী নিংথৌ ক্রীজসগী রাজ-সভাদা থুলুই । মতম অসিদা নিংথৌ ক্রীজসনা মহাক্কী অরৈবা সনা-লুপা, মণি মুক্তা পূন্নমক পুথোক্লগা মনাক্তা থমছুনা লেম্লবগুম সোলন্দা হংলকখি—

"হায়য়ু সোলন ! তাইবংপান অসিদা ঐগা মান্নবা মুংঙাইবা অসিবু অতৈ কনা অমা লৈরিদগে ?"

মহাক্না নাপলগা লোইনবা ৱাহং অদু তাবদা সোলন্না নোল্লুরনা খুন্নকই—"লন-থুম মরাং কায়না লৈবা অসিনা মীওইবগী থাঙ্গশেংবা মুংঙাইবা নত্তে। থোইদোকপদি মী অদুনা মহাক্না পুন্সি লোইরমদা'ই ঙাইহাক অদু ক্ষাওবদা মু ঙাইনা লেনবা ঙমদ্রবদি মহাক অদুবু থাঙ্গশেংবা মুংঙাইবনি হায়না লৌবা য়াদে।"

সোলনগী পাউথুম অসি তাবদা নিংথৌ ক্রীজস মপুকনীং মুংঙাই-রমদে অমসুং পণ্ডিত অসিগী মফমদা পিশুম শুকুনা থওই-উশিত্তবা উৎলমই।

মতম খরা লৈরগা পাবস্যগী নিংথৌ সাইরসনা নিংথৌ ক্রীজসপু মাইথীবা পীদুনা বণ্ডী থমথ্রে। সাইরসনা ক্রীজসপু অর বা মৈচাক য়াম্না থওহল্লগা মহাক্না পুন্সিগী অরোইবা ওইহনগে থন্দুনা মথে ঙং-মথুৎ পুনশিল্লগা মৈরি খরা খরা থোক্না চাকথৎলবা শীঙ্গী শীৎক্না থাঙ্গৎতুনা থমই।

মতম অদুদা ক্রীজসনা মমাংতৌদা মহাক্না উশিং-থওইরবা উৎশিবা পণ্ডিত সোলন্না হায়রম্বা ৱা অদু নিংশিংলকখি। মাদু নিংশিংউবদা মহাক্না 'হাঃ সোলন! হ'ঃ সোলন!' কৌদুনা খেংঙেল ৱাংনা কপ্পকখি।

থৌদৌ অদু উবদা সাইরসনা ক্রীজসপু মৈথক্তগী লৌথরগা ঙাইহাকং পোথাহন্দুনা থম্বিরে।

ঙাইহাক পোথাহল্লগা মহাক্না শিরমদাই য়োরবা মতমদা লাই-তিংম শোনবা নত্রগা মমা মপাবু কৌদুনা কপ্পদি তৌত্রগা 'সোলন' কৌদুনা কপ্পগী মরম হংলকখি।

মতম অহুদা ক্রীজসনা মমাংঙৈদা সোলন্না মহাকী মকমদা হায়রম্বা রা পূন্নমক অহু লীথোরকখি।

য়ারী অহু তাবদা সাইরসম্ন জ্ঞান ভারকুনা ক্রীজসপু মথোঙ মথুং পুনবা থাদোকুনা নিংথৌ মথোর অনি মরূপ শানথি অমস্থং ক্রীজসকী মরৈবাকস্ন হন্দোকপিখি।

মতৌ অসূন্না সোলন্না নিংথৌ অনিমকপু জ্ঞান পীনবিহুনা অমনা অমগী মথরায় কাওবা কম্নহনখি অমস্থং পুন্সি পোলোয় কাওবা মথোয় অনি অশেংবা মরূপ ওইহনখি।

গীতানা তাকপা, তাইবং পানবা অসিদা জ্ঞানগা মান্নবা অশেংবা পোংশক অমা লৈত্রে হায়বা অহু মহা পণ্ডিত সোলন্না মতম অসিদা উৎপিরমই।



# আউল চাঁদ

নদীয়া জেলাগী মনুং চম্পা লৈবা উলা কৌবা খুঙ্গংদা মহাদেব দাস কৌবা পানামনাগী কারবার তৌবা নিপা অমা লৈরমই।

নো মগী সুমিত্তা নিপা অসিনা পানামনা মখোংদা নিপামচা অমা থেংনরক্তুনা মযুমদা পুরক্লমই। নিপামচা অসি চহি নিপাল্লোম শুরে। তৌইগুম্বসু' মহাক কনাগী মচানে', কদাইদগী লাকপানা হায়বা করি'মত্তা খঙলমদে। মহ'দেবদাসগী মুপীনা নিপামচা অতুগী মশক মতৌ ফজবা উবদা মহাক্কী মমিং 'পূর্ণচন্দ্র' থোল্লমই অমসুং অঙাং অতুবু মহাক্না লুনা-চান্না যেংক্লমই।

পূর্ণচন্দ্র মহাদেবদাসগী য়ুমদা মতম খরা লৈরক্লে। মমৈথদা মহাদেবদসগী মীয়োক-মীচান ফজদবা অমদি চক্রি-নিঙাই খাঙবা ঙমদবদগী হরিহর কৌবা বিষ্ণু নীংবা নিপা অমগী মফমদা চংজফম লৌরমই।

মতাং অসিদা মহাদেবদসগী মুপীদি থম্মোই শংক্লা মু ঙাইরনদে অমসুং মহাক্কী গর্ভদগী তাবা তিনগুম্না সুংশজরবা পূর্ণচন্দ্রবু অমুক হন্না লৌকহুনা য়োক্লললমই। অতুম্'দ ওইবদা মপুরোইবগী মীয়োক-মীচান ফজদবা, রাহে খোনফম ধৌবা অমদি নিংঙাই-চক্রি কনবা খল্লুরগা ঈশ্বরগী নোংদম্নি খন্দুনা পূর্ণচন্দ্রগীদমক্তা ঈশ্বরদা লোল্লকচবনা মাগী মথৌ ওইহনুনা নোংম-নেংমগী মতম লেল্লমই।

হৌজিক্তি পূর্ণচন্দ্রবু হ'বহরনা লুনা চান্না যেংকপিবে অমসুং মহাকপু লাইরিক লাইশু তমম্নবগী মরমদসু পুকনা চংনা হেংংন ররে।

পূর্ণচন্দ্রনা পুকনীং চংনা সংস্কৃত অমদি ধর্ম্মশাস্ত্রনচিংবা ওমত্থনা নীংথিনা হৈদোক্লে। মহাক্না জ্ঞান খর লৈজরকপদা অমদি চহিস্থ লুহোংবা য়াবগী মতাং ওইশিল্লকপা উবদা হরিহরনা লুহোংবিনবা হোৎনরক্লে। তৌইগুম্বমুং পূর্ণচন্দ্রনা মপা শক্রবা হরিহরনা রারৌবিদনবা মরম খরা উৎথুনা য়ানিংদবা উৎলমই।

১২৬৭ সালদা মহাক ফুলিয়া গ্রামদা চৎথুনা মফম অদুদা লৈবা বৈষ্ণব চূড়ামণি বলরামদাসগী মফমদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লাইমিং লৌরুই। মতাং অসিদগী পূর্ণচন্দ্রগী মমিং আউল চাঁদ হায়না খঙনখি। পারস্য লোন্দা লাইনা থাবা মীশকুম চাংদম্নিংঙাই লৈতনা হৈ-শিংবা মীশকপু 'আউলিয়া' কৌই।

'আউলিয়' রাহৈদগী আউল চাঁদ হায়বা মিং অসি ওইরকপনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে।

বাঙলা লৈপাক্তা কর্ত্তাভজা কৌবা সম্প্রদায় অমা লৈ। হায়রিবা সম্প্রদায় অসিগী আউল চাঁদনা লুচিংবনি। আউল চাঁদ মহাক্কী গুরু বলরামদাসগা লোইননা নোংপোক বাঙ্গালাদা চৎলমই। মতম খরগী মতুংদা মাগী গুরুদি হল্লক্লমই। তৌইগুম্বমুং আউল চাঁদদি হল্লক্লমদ্রে।

মহাক্তি গুরুগা থানবা মুমিত্তুগী ভারতবর্ষদা লৈবা তীর্থ পুম্নমক কোয়বা চৎলমই। তীর্থ চৎলুরবা মতুংদা মহাক বজরা কৌবা খুঙ্গংদা লৈরম্বি।

মফম অসিদা আউল চাঁদনা থুম্নবা রাহৈনা অয়াম্বা মীবু ধর্ম্মগী লম্বীদা চিংশিল্লমই।

অস্পৃন্না হায়নৈ :—মমিৎ উদববু উহনবা, মখোঙ তেকপবু কহনবা, অসিগুম্নবা মমল নাইত্রবা দান ধর্ম্ম মশিং নাইদনা মহাক্না ভৌরমই। অসিদসু নত্তনা কোকগুমদবা লাইনানা নারবা মী কয়াগী অনাবা কোকহন্দুনা অনৌবা পুন্সি ফহল্লমই। মহাক্কী অথন্নবা শিষ্য ২২ লৈরমই। মখোয়শিং অহুগী মমুংদগী হটুঘোষ, বেচুঘোষ, রামশরণ, ঘোলারাম মাল, পঁচুমুচি, কৃষ্ণদাস, বিষ্ণুদাস, শ্যামচঁাদ অমসুং লক্ষ্মীকান্ত মরু ওইবনি।

আউল চাঁদনা রামশরণবু ভমথৌবা লাইনাদগী কোকহন্বি। মাহুদগী রামশরণনা শাগে নাটৈ ইমুং-মমুং পূম্নমক্না লোইননা মহাক্কী গুরুগী সম্প্রদায়দা চংজখি।

আউল চাঁদনা মাগী মফমদা থ'জবগা লোইননা চংজরকপা মীশিংবু ভরাম ভরাম্না ভৌবিরমই অমসুং মখোয়না পামজবগী মতুং ইন্না লাইমিং পীবিরগা শিষ্য ওইনা লৌশিনবী। অহুগা মহাক্কী সম্প্রদায়দা তিন্নবা কাংবুশিংদা মখোয়না চৎলোইদৌবা অমদি ভ'ক্কদৌবা নিয়মশিং অহু ভাকপি—

নিয়মশিং :—

১। ফকচাংগী ওইবা থবক্তা ভাকদৌবা—অভোপ্পগী মুপী য়েংব', মীগী মপোৎ-মচৈ ভর নবা, জীববু মাংহনবা।

২। পুকনীংগী ওইবা থবক্তা হায়বদি র'খন্দা লাক্তনবা হোৎন-গদৌবা—অভে'প্পগী মুপী য়েংনিংউবগী রাখল, জীব মাংনবা ভৌনিংবগী রাখল।

৩। মফম অমদি মতম পূম্নমক্তা অফবা রা ভাংগনি অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরমদা খন্নগনি।

৪। নিয়ম অমগী মথা পোন্না আম্বা চাউখংনবগী দমক্তা অনিগুদবা পাম্বৈ ওইনা 'হরি-নাম' শোনগনি।

৫। পুকনীং অমদি হকচাংনা অওম্বা অতিথি সেবা তৌগনি।

৬। ইরুবা লোইরগা তুলসী মখোংগী মৃত্তিকা লাইবক্তা নমদুনা হকচাং অসি অশেংবা ওইহনগনি।

৭। শা ভাবু নত্রবদি জাতি পুম্নমক্কী মরক্তা চাখিন-থকমিন্নবদা চিং-নফম লৈতে।

৮। লাইনিং-লাইশোন তিন্নদবা মশেল সম্প্রদায়গী মরমদা য়ারী শাফরোই।

৯। মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা চৎনবা অমস্থং ওাংনবা হোৎনগনি।

সম্প্রদায় অসিগী গুরুশিংগী মমিং 'মহাশয়' কৌই। শিষ্যশিংগী মমিংনা 'বরাতি' কৌই।

গুরুশিংনা অহানবদা মতিক চাগবা শিষ্যশিংগী মকমদা (গুরু সত্য) হায়বা মন্ত্র অসি তাকপ। সম্প্রদায় অসিনা চহি খুদিংগী ফাল্গুণগী পুর্ণিমা নুমিত্তা ঘোষ-পাড়াদা মহৎসব কৎলি।

মহাপুরুষ আউল চাঁদ বোয়ালিয়া কোবা খুল্লংদা শক্ ১৬৯১ গী বৈশাখ থাদা, নুমিদাংয়াই যণগারকপা মতমদা নোঙ্গাখি।

মহাপুরুষ অসিগী মরমদা অস্নুম্না হায়নবা লৈ:—বোয়ালিয়া খুল্লংদা লৈবা শিষ্য কৃষ্ণদাসগী পুন্সগী অরোইবা মতম ওইরকদোরে হায়বা পাও তাবদা গুরু আউল চাঁদ শিষ্যগী লৈফম তাম্না লেঙ-গদৌবগী থৌরাংনমই অমস্থং লেঙলমদাই মতম অদুদা শিষ্যশিং

পুন্নমক্তা 'ঐস্নু মতম পংকুই কুইনা লৈরন্নোই। ঐনা হন্দক বোয়া-লিয়াদা চৎলিবা খোঙকম অপিদগী অমুক হন্নকনি হায়বগী আশা লৈতন্নে'—তাকপিন্নমই। অওইবমকন্নু তাকপিন্নম্নিবা অনিমক থোকখি।

গুরু আউল চঁদ বোয়ালিয়া ম্নোবগা লাইহৌ হাইকেৎতং হৌন্নমই। মতৌ অস্সুম্না চুমিং খরনি লৈন্নগা মশামক্না মশাগী অরোইবগী য়াহিপ শেমলমই। মকম অতূদা লৈবা শিষ্যশিংনা 'হরি নাম' শোনবা অমম্নং শকপা তানা তানা, মশামকস্নু হরি নাম শোম্না শোম্না মহাক্কী অরোইবা স্বর হে'ন্‌খি।

---

# শ্যামাচরণ সরকার

শ্যামাচরণ নদীয়া জেলাগী মফুং চনবা মামজোয়ান কৌবা খুঙ্গংদা পোকই। মপাগী মমিং হরনারায়ণ কৌই। মহাক নহা ওইনা লুপ্রাবী মচা ওইহৌই। চহী নৌনা মপুরোইবা কায়নরবী, মচা অপিশক চেল্লবী, মরাইবক থীরবী মমানা মচা অঙাং নাওরাবু মনঙ্গন্দা পোরগা ভেংথা নাওইনরকপা কনানা ভাবা ঙমগৰা!

অহুম অহুম ওইনমক লুপ্রাবী মচা অঙাংদো নোংম-নোংমগী চাওরক্কুনা চহী মঙা চংলক্রে। মতাং অসিদা চাক্রি-ফীনিবী মমানা ইকাই ইকি থাহুনা কৈরোই-লৈকাই চৎতুনা কোইনা শিল্লউরগা মথুন খুনয়াদা লৈবা লাইরিক তম্ফম শঙদা মমিং চনবিরে।

পু-পাং শুনবা মচা অমা ওইবগী মমাই পুবা ঙমজদবা অমদি নাওশোল্লকবা নত্তনা মশানা তথৎ তথৎ লাওদবা অঙাং অমা ওই-বদগী শ্যামাচরণবু মুংশিদবা মী অমত্তা লৈকোক-লৈকাইদা লৈরমদে। অহুনা ওজানস্থ মহাকপুদি মুংশিবা মিৎয়েংনা য়েবি অহুগা মচাগুম্না লুনা চামস্থ ভৌবিরমই।

মহাক্কী হৈনংবা অমদি মথরায় য়াওবা উবদা মহাক্কী দমক্তদি ওজাশিংনা লাইরিক-লাইশু অরাৎপা ফাওবা অমল্ অকাই থিরগা পীনবিরমই। অস্পূবা নহা ওইরিবা শ্যামাচরণনা নোংমা মমাম্নবশিংগা রারী রাভাই শানরকপা মতমদা হায়রকখি—'ওহোকপনি ঐদি—লাইরিক য়াম্না তমনিংথরে অমস্তুং হৈনিংথরে; অহুদা ইপা লৈভব-নিনা······খঙজ্রেদো······! মহাক্না অস্পূম্না হায়দোরকপা ভাঙ্গাদা

কনাগুম্বা, মখোয়গা মড়ি মতাম্ হাইফেং থোকপা পুকচেল চাওবা নিপা অমনা ভাখিরমই। নিপা অসি কৃষ্ণ-নগরদা লৈবনি। হায়রিবা নিপা অসিনা শ্যামাচরণবু কৃষ্ণ-নগরদা পুবিরকুনা পারস্য লোল তমহল্লমই।

শ্যামাচরণ মহৈ তম্না তম্না লাইরিক মচা মচা ইবগী অভ্যাসস্ তৌরমই। পুম্নমক অসিগী মথক্তা মহাক্না লৈরিবা ইমুং অতুগী কৈথেল কাবা, লমতু শেংবগী থবকস্ হায়নবা লৈতনা পুরমই।

মতৌ অসুম্না চহী খরা কেল্লক্রবদা মীনা চাবা থকপা, ফিজেং লৈতেং অমদি লাইরিক-লাইঙ তম্বগী ভার পুম্নমক লৌবিপ্রবস্ মাওইবগী হৌনশা মশানা পৈশা খরা খরদং থোক্তবা য়াদবা মতাং ওইবনা মহাক লাইরিক তম্না তম্না রীড সাহেব কৌবা জমিদার অমগী মথাদা মুহোরীগী থবক মচা অমা তৌজরে। থবক অসিগী তলবতি থাদা লুপা ১০৲ তনি। অসুম্না মতম খরা লেপ্লক্রগা থবক্না হেনমনখিবনা মুহোরীগী থবক্তা মাইপুনবা য়ানা থোক্লকদৌবা উতুনা মহাক থবক থাদোকপা তারমই।

মতাং অসিদা নোংদম্বগী থৌইনশিন্না তাঞ্জা চানা রামতনু লাহিড়ী কৌবা অথে ইবা নিপা অমগা মহাকা উনরমই অমস্তং মখোয় অনি য়ারী শীংবুন তৌনরমই।

লাহিড়ীনা শ্যামাচরণগী মওং মতৌ অমদি য়ারী-য়াথোং তাবদা ফুংশিবা পেংকুনা মহাকপু কলিকাতাদা পুবিগে থৌরাংলমই।

মরম অসিদগী লাহিড়ীনা, শ্যামাচরণবু য়োকপিরিবা ভদ্রলোক অতুগা উনহনা মরম পুম্নমক তাম্নরগা মহাকপু কলিকাতা তাম্না পুবিরকুনা ইংরাজী তমহল্লমই। মতম অসিদা শ্যামাচরণ চহী ১৩

শুরে। থবায় য়াওনা, হৈনিংনা ভমজবনা মতম খয়ওগী মমুংদা মহাক ইংরাজী ভাংবা খর খরা ভমজরে।

কলিকাতাদা লৈরবা মতম অসিদা মহাক সাহেবশিংগী শায়বুং ময়াদা হবা চাবা হেক চথোক্লমই। মহাক্না চথোরকপা মতম অসিদা খুত্তা চানা সাহেব অমত্তং থেংনবগা ইংরেজী লোনবা হৌরমই।

নহা ওইবগী পুকচেল ইত্তিং-ত্তিংবা অতুগী মথক্তা ইংরাজী লোনবা য়ায়া হৈনিংবা মতৌ উবদা সাহেবশিংনা মহাকপু য়ায়া মুংশিবিরমই। মতুংদদি সাহেবশিংনা থওইনতুম মাবু ভাইবতুনা ইংরাজী ভাংবা নিংথিনা কজনা ভয়বা হোৎনবিরমই। হৌজিক্তি মহাক ইংরাজী নিংথিনা ভাংলে অমমুং খঙলে।

শ্যামাচরণনা ইংরাজী ফজনা ভাংবা ভয়কপা মতম অসিমক্তা গবর্ণর জেনেরেলগী কৌন্সিলগী মেম্বর স'র চার্লস ত্রিবিনিয়ন সাহেবকী পুকনীংদা ইংরাজী, উর্দ্দু, বাঙ্গালা লোন অহুম অসিগী অবিধান মচা অমা কোংনিংলমই।

মতম অতুদা কলিকাতাদা লৈবা সাহেব অয়াম্বনম্থ, চার্লসনা পায়মিবা হিরম অতু পায়থবা থোকপন', অভিধান অতু খরা থুনা কোংননবা চার্লসগী মকমদা হয়া হয়া হায়জরমই।

মহাক মশানা হায়না পামতুনা লৈরবা হিরমদা ময়ায়পা অমুক নৌনা হায়জরকপা অসিদা চার্লসনা মুংভাইবগা, লোইননা খবক অসিগী ভার পুয়মক শ্যামাচরণনা পীরমই। মতম অতুদা শ্যামাচরণনা অভিধান অতুত্তা নত্তদা উর্দ্দুগী লাইরিক মচা খরম্থ ইংরাজী লোন্দা হন্দোক্লমই।

তৌথোরকপা থৌওংদা পেল্লবা চার্লসনা মহাকপু মাস্রাসা কোলেজদা থবক পীরমই।

কোলেজ অসিদা লৈরিঙৈদা শ্যামাচরণনা ফ্রেঞ্চ, গ্রীক, ইটালি নচিংবা লোনশিং তমশিন্দুনা হৈদোক্লমই।

মতাং অসিদা মহাক চহি ৩০ গুরে। অসিগী মতুংদা নোংমা নিংশিংনবগী মশক ওইরবা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগা মহাকা উনহনা ৱারী রাভাই শানখি।

বিদ্যাসাগরগী পাউত'ক্তগী মহাক সংস্কৃত তম্বা হৌখি। চহি খরতগী মতুংদা সংস্কৃত হাইফেং নিংথিনা হৈহনা সংস্কৃত কোলেজগী অনিশুবা অধ্যাপক ওইখি।

কোলেজদা লৈন-লৈনা মহাক সদর দেওয়ানী আদলত্তা পেস্কারগী ফম ফংই।

চহি খরা অমুক লৈরগা মহাক থাদা লুপা ৬০০৲ তলব ফংহনা সুপ্রিম কোর্টকী ইন্টরপ্রিটরগী ফমদা ফমথোক্ল কাখৎলি।

শ্যামাচরণ তলব য়ম্না চাবা, লাইবিক হৈবা, মীনা মীশক খঙবা অচৌবা মী অমা ওইরবসু অংপোকপী মমা লুপ্রাবীবু মহাক্কী থম্মোইসুদা কাউথোকপা তৌরমদে। মতম পূম্নমক্তা মমাগী লুংঙাইনবা অমদি ফননবতা শীল্লি।

মমাগী য়াথ' মতুং ইন্না চংপা, মমাগী পেন্নবা হোংনবা, মমাগী সেবানা মচা ওইবশিংগী অথোইবা তপস্যানি, লন্নি, ধর্ম্মনি হায়না শ্যামাচরণনা লৌখি।

মহাক অসি মহাকী পুন্সিদা ভলব চাবা থবক্তা ভৌহ্না লেনখিবা নত্তে—লাইরিক কয়ামুকস্থ ইরমই।

বাঙ্গালা লোন্দা আইনগী লাইরিক পুথোকপদা মহাক্না অহানবা লমজিংবনি। পুন্সিগী লোইরমদাইদা মহাকী পোক্লকম লমদমদা ছুল অনি, মীথুংকম শঙ্‌ অমা খোঙ-লম্বী ফজবা অনি, অচৌবা পুখ্রী অমা কৎলমই।

থবক পূম্নমক অসি পাংথোক্লম্লগা মহাক নোঙ্গাখি।



# নবীনচন্দ্র

১২৫৩ সালগী মাঘগী তারিখ ১৯ দা চট্টগ্রাম-রাউজান থানাগী মন্নুংচনবা নয়াপাড়া কৌবা খুঙ্গংদা পোকই।

মহাকপু পোকপা গোপীমোহন মুনসেব ওইরমই। নবীনচন্দ্রসেন খুনগী পাঠশালাদা লাইরিক তম্বা লোইরগা হাঈ-স্কুলদা চংই। অপোকপী মমানা থোইদোক-হেন্দোক্না লুনা-চাম্না তৌমনখিবনা মহাক য়াম্না নাম্নাংবা অমদি কেথোক মৌথোকপা অঙাং অমা ওইরকই।

অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাকী মরাল মচা মচা পুম্নমক মমা ইবেম্মনা কৃপশিন খুমজিন্দুনা থম্নকপদগী মহাক্না হাঈ-স্কুল য়ৌবকপা মতমদদি লমহেনবদা লাক্ক-ফাববা ঙমদবা ছাত্র অমা ওইরক্লে।

হৌজিক্তি নবীনচন্দ্র মমা ইবেম্মগী কা হেন্দোকপা থৌজান্দগী 'গুন্দা কোকলেন' হায়বা উপাধি অমা ফংজরে। স্কুলদা অমদি কোলেজদা মচা ওইবশিংনা মিংচৎ ফংনরগা মমা ওইবীশিংনা পুকনীং মকা লাম্নজৈ। তৌইগুম্বসুং নবীনচন্দ্রগী মমাদি মচানিপানা ( Wicket the great ) 'গুন্দা কোকলেন' কৌবা উপাধি অমা ফংলে হায়বা পাও তাবা মুমিত্তগী তূম্ব চাবা মচেৎ ওইরগা কপ্পতনা মপুং ফাবা মথৌ ওইজহনা লেল্লক্লি।

গোপীমোহন অরা-অনা খঙবা, ঙমজবা দান-ধর্ম্মদা মপুকনীং য়ুম্না মীতানি। মহাকী আয়স্থ মতিক চানা লৈবনি ; অদুবু মহাকী মুপীনা মচানিপাবু 'গুন্দা কোকলেন' কৌবা উপাধি অসি ফংহন্নবা

হোৎনরকপদা ইমুং-মন্নুংগী লৈজরম্বা শেল-থুম অম্মাম্বা শরুক তুমহনাখ।

হৌজিক্তি গোপীমোহন, অহল মতম ওইরকপনে, লৈজরম্বা শেল থুম্নগা তুমখিবনে, অসি পূম্নমক্কী মধক্তা অমতা পোকচবা মচা নিপাগী রাখম্নে—পূম্নমক অসিনা চাক্তুনা অণ্ডাওবা পান্দমগুম্লক্লি।

নেংমদ মপাঙ্গল শংল্লবা পতি লৈত্রনা মপানা মচাবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মমীৎতা মপি তানা কপভুনা হায়রকই :—

'নবীন। লাইরিক লাইশুদা নপুকনীং চ দ্রবদি হয়েং ভুংদা যাম্না রারনি, অতুগা নীংঙমদবস্তু লাকনি। নহাকপু মী অমা ওইনবা শেম্লম্বা হায়বসি নহাক্কী অম দ নপা ঐগী কাম্নবতা নত্তে, কৈরোইং লৈকই অমদি ইরবাক্কীস্তু কাম্নবনি। নহাক্কা লমহেনবা, ওক্তবা, ফত্তবা ওইহৌরগা নংগী ঐগীতা মাংনা নত্তনা দেশগী সমাজগীস্তু অমাংবনি।

অতুনা মীওইবনা মাগী মাগী মচা মগুবু শেম্লম্বা হায়বসি অচৌবা সমাজ সংস্কার অমদি দেশ সেবানি।

ইপাদি অহল ওইরে, শিগদৌবা নকশিল্লক্রে, লৈজরম্বা ইরল-ইথুমস্তু নহাকথক্তা লৈইনা মাংখ্রে। মতুং অসিদদি পৈশা অমা ফাওবা থনম্বা ঙম্বগী শক্তি অতু নপা ঐগী লৈরোইদৌরে। অতুগা নঙগী নমা ইবেম্মা, নহাক্কা অঙাং ওইরিবৈদগী হৌজিক ফাওবদা নহাক্কা নরল-নত্তই মচা মচাদগী অচৌবা ফাওবদা য়োমশিন থুমজিন-ন্নুনতা লংক্লিবী অতুগা অমদি নহাক্কা পীম্নু হায়বা শেল থুম রাক্তনা নপা ঐঙান্দগী হরান্দুনা পীরিবী অসে নহাক্কী য়েক্কবনি হায়বসি ঙসিদগী কাওরোইদৌবনি। মসিবু নহাক্কা কাওদ্রবা—হৌজিকম্ব

নহাক মী অমা ওইবা য়াবগী মতম অহ্ চঙথোয়া কংখিগনি।"

মতম অসি নবীনচন্দ্র ক্লাস X ( টেন ) তন্নি; খৃষ্টাব্দ ১৮৬০ নি। মুমীৎ অসিদগী নবীন য়াখল অমা হোংখি। মতুং অসিদগীদি মহাক গুন্না ওইনা ওইনা লাইরিক লাইত্ত কয়া হোৎনজনা এন্ট্রেন্স পরীক্ষা পাস তৌরগা প্রেসিডেন্সি কোলেজদা তমজনা খৃষ্টাব্দ ১৮৬৫ দা এফ, এ, পাস তৌই।

পৈশা লৈতবদগী মপানা নবীনবু মথা তমথহনবা ওয়ম্বদে। মমা ইবেম্মনম্ন ছরানফম লৈতবনা মচাগী শেলহুন তমদয়ে।

শেল মনাং থুংনা শীজিন্নয়ম্বা নবীন্না মথুংতা পৈশা অমা ফাওবা পায়বা তুম্নকত্রবদা জ্ঞান তারক্ত্না কৈরোই লৈকাইগী অতাং লাইরিক তম্বীবদগী ফংবা শেলনা বি, এ, তমথবা হৌরক্রে। মতাং অসিদা মাবু পোকপা মপা নোঙ্গাখ্রে।

মহাকথক্তা মপাগী মরল থুম তুম্না মা হনখিবনা লাইথুং ওইহনা মতম চাকাংতনা নোঙ'থ্রবা মপাবু খল্লুবদা নবীনচন্দ্র নীংতমদবা অমদি মপুকনীং মুংশিখিবনা করি তৌসিগে, মওন মওন খল্লক্রে।

মহাক্না খল্লি—"ইপানা ঐবু য়াম্না হৈহল্লিংলম্বা লাইরিক্তগা সঙ্গ ওইহনা, লাইরিক অসি থয়া নিংথিনা হৈদোকপনা ইপাগী লম্মন শিংবা শক্লগে। ঐগী ইতৌ উয়গা নিংথৌ-লৈবাক্তা ঐগী ইপানা পেনবিনবা!"

অস্মুন্না খল্লুনা নবীন্না লাইরিক্তগা মরুপ ওইহনা কয়া হোৎনজবা মপান্না খৃষ্টাব্দ ১৮৬৮ দা বি, এ, পরীক্ষা মীংথিমা ওয়ে। বি, এ, পাস তৌরবা থা থরগী মতুংদা ডেপুটি-ম্যাজিষ্ট্রেট অমা হাপচী

পরীক্ষা য়াওরবদা পরীক্ষা অহু ফজনা ঙমহনা ফম অহু ফংখি।

নবীন নহা ওইরিঙৈদগী শুন্দা ওইনা ওইনা শৈরেং ইবা পাম্লকই। মহাক্না কোলেজদা তমলিঙৈদা প্রেসিডেন্সি কোলেজগী অধ্যাপক প্যারীচরণ সরকারনা এডুকেসন গেজেটকী সম্পাদক ওইরমই।

মতম অহুদা নবীনগী শৈরেং কয়ামুক প্যারী সরকারনা এডুকেসন গেজেট্তা কোংবিরমই। শৈরেং ইবগী হিরম অসিদা প্যারী সরকারনা মহাকপু মপুকনীং য়াম্না থোগৎপিরমই। মাসিমক্তসু নবীন্না মীশক অমা ওইরকপগী লম্বীদা মতেং য়াম্না ওইখি।

মহাক্না পাখং অঙাওবা ওইরিঙৈ মতমদা ইখিবা শৈরেং খরা অহুদগীসু মহাক কবিগী শক্তি লৈ অমসুং লৈরকই হায়বসি খঙবা ঙমই।

১২৭৮ সালদা নবীন্না 'অবকাস রঞ্জিনী' কৌবা লাইরিক অমা কোংলমই। লাইরিক অসিদা মহাক্না মহাক মশাগী পুন্সিদা থেং-নরকপা অরা-মুংঙাই পূম্নমক চংখোনবা য়ারী য়াওহল্লি।

১২৮২ সালদা 'পালাশীগী লান' কৌবা কাব্য অমসু কোংলমই। কাব্য অসি কোংলবা মতুংদগীদি মী খুদিংনা মহাকপু কবি অমনি হায়না খঙনখি। অসিগী মতুংদা কবি অসিনা মথং মথং ওইনা রৈবতক, কুরুক্ষেত্র, প্রভাস, অমিতাভ নচিংবা কাব্য কয়ামুক কোংখি।

লাইব্রিকশিং অসি কোংলবদা কবি অসি থোইদোক হেন্দোকপা মীংচৎ অমুক কংখি।

ছায়রিবা লাইব্রিকশিং অসিদস্থ নত্তনা কবি অসিনা প্রবাসপত্র প্রষ্ট, ভ'মুমতি নচিংবা লাইব্রিক কয়ামুকস্থ লেংলমই। কবি অসিনা গীতা অমসুং চণ্ডীগী অনুবাদস্থ মমালোন্দা ইথোক্লমই।

খৃষ্টাব্দ ১৯০৯ গী জানুয়ারী তাং ২৩ দা চট্টগ্রাম জেলাদা কবি অসি লোঙ্গাখি।

# রামদুলাল সরকার

মহাক এনাক খুনবা অমম্ভং অচুম্বা চৎপা নিপা অমনি। মমাংঙৈদা দমদমগী মনাক্তা লৈবা রেকজানি কৌবা অপীকপা খুল অমদা বলরাম সরকার কোবা নিপা অমা লৈরমই। নিপা অসি পৈশা-মুংশা পায়বা মীতা ওইরমদে। মহাক পাঠশালা অমগী ওজানি। মাতুদগী পৈশা থরদং ফংবতুনা য়াম্না রানা পুন্সি লেল্লমই। খৃষ্টাব্দ ১৭৫৯ দা মারাঠি লুট পাত তৌবা কাংবুশিংবু কিবদগী কুম-থা শুরবী মহাক্কী মুপীবু পুত্তুনা ময়ুম-মকৈ মথুন থাদোক্কুনা চেল্লকমই। লম্বীদা পাল্লবা চীল্লবা লমহাং অমদা মহাক্কী লোইনবীদো অঙাং উনরমদাইগী অরাবা ফিভমদা তারমই। চেনবা য়াদবা মতাং তাঙ্গা অমা থোকপনা মতৈ-মনাও মখোয় অনি মোংশোং ময়া উপাল খরগী মখো'দা ঈশ্বরগী মিংলেন শোম্লুনা মাগী থৌজাল থৌশীল ডাইজরমই।

মতম ডাইহাক চোম্বরগা, ঈশ্বর নত্তনা চংজকম হায়রজকম লৈত্রবা মকম অহুদা মচানিপা অমা ফংজরে। অস্নুম্না অরাবা খুদোংথীবা মমুংদা পোকখিবা অঙাং অসি রামদুলালনি। অমুক য়াম্না অরাবা খুদোংথীবা মরক্তা পোকপ্রবা রামদুলালনা চহি নিপাল চংলকপা মতমদা মপা মমা অনিনা রামদুলালবু মচন মুপী অমগা মনাও নিপা অমগা লোইননা হন্দোক্লমতুনা মথং মথং ওইনা পীক্লিবা মচা অহুমদগী পুন্সিগী বিদায় লৌখি।

চহি নিপানৃত চংলক্লিবা রামছলালদো করিম্ন খঙজদবা ওইবনা শংবানবা আকাশতা পিরোইননা য়েংখৎপা অমদি মাইকৈ মৱিদা য়েংলপা কদায় চৎসিগে, কনাদা চংজসিগে খল্লক্লে। মতম অহুদা মমা পোকপা মপু মবেনবু নীংশিংলক্লুনা মচন মুপী অমদি মমাও নিপাবু মখুৎ নাম্ম নাম্ম শমছুনা দমদমদগী কলিকাতা তাম্না লাক্লুনা



মপু মবেনগী থোংজিন্দা অঙাং অহুম্মক লেপ্লৱে। অহল ওইৱবা মপুবে কী ফিভম উৱবা মী থুদিংনা শোয়নিংঙাই মশক্লি! কৱি অমুক হায়ৱনি ঃ—

মচা মশু লৈজদবা, নংলবা হন্নবা মহাক্না ভিক্ষা চৎলগা হন্নবা হন্নবা হিংবানি।

মপুবোক রামসুন্দর মশু অহুম্বু উবদা মিংলুদগী মপি মচুম মচুম শিঙ্গরকখি। ৱৌইগুম্বমুং মশুশিং রাখিনি খন্দুনা কীজিনা লোয়া ৱৈথোক্লগা মশু অহুম্বু কোন্দুনা লাইরশাংমু'দা পুশিল্লক্লে।

লাইরশাংমুং য়ৌরগা 'ইপুবোক লৈরি রাক্সু' হায়রবা মুংশি রাহৈনা পেলহন্দুনা মশু অহুম্বু মবেনগী নাক্তা থনয়গা, অহল ওইরবা রামসুন্দর মখুৎতা চৈশু অমদি ভিক্ষা ঝুলি পায়হনা য়ুমথোং থরা চৎলুরে।

ফংলকপা চেং-চাক মনা মঙ্গীং থরদু থো'-থাকতুনা মশু'শংগা লোইননা চামীন থকমীয়হনা মুমীৎ অহু লেল্লে। মতৌ অস্তুম্না মপু মবেন অনীনা মশু অহুম্বু কোন্দুনা য়াম্না রানা মতম থরা লেল্লক্লে।

থা থরগী মচুংদা র'মহুল'লগী পুক্সীগী ঈচেল ভাইবং শেম্বা মপুনা অনৌবা ঈচেল অমদা হোংহল্লক্লি।

শোল্লবা নংলবা রামসুন্দর মতৈ মনাওনা মশু অহুম্বু কোন্দুনা অরা-অনং কয়া খাওহনা লৈরকপদা মতৌ অহু উবদা কলিকাতা মমুংদা লৈবা এনাক খুনবদা মমিং চৎলবা মদনমোহন দত্তনা রামছুলালগী মবেনবোকপু মথোয় মরি-মতাদংগী চাক ঈশিং থোংবগী থবক্তা হাপচিনবীরে।

মবেনগী মতুং ইন্দুনা রামছুলালসু এনাক খুনবা ইমুং অহুনা চাবা-থকপা চ'থোক-চংশিন মর'ং কায়না ফংজরে।

নহা ওই'রিবা রামছুলালগী পুক্সিদা অমুক কুইরবা মতম অসি লাই'রক লা'ইশু ভমগী খুদোংচাবা ফংজরকত্রি। অহুবু হুন্দক্তি নিতিগী চরাম্ন মপুক থম্না পীবিবা য়ুমদা অয়ুক মুংখিল লৈজবা ফংহনা

# নবীনচন্দ্র

১২৫৩ সালগী মাঘগী তারিখ ১৯ দা চট্টগ্রাম-রাউজান থানাগী মন্নুংচনবা নয়াপাড়া কৌবা খুন্নংদা পোকই।

মহাকপু পোকপা গোপীমোহন মুনসেব ওইরমই। নবীনচন্দ্রসেন খুনগী পাঠশালাদা লাইরিক তম্বা লোইরগা হাঙ্গ-স্কুলদা চংই। অপোকপী মমানা থোইদোক-হেন্দোক্লা লুনা-চাম্না তৌমনখিবনা মহাক য়াম্না নাল্লাংবা অমদি কেথোক মৌথোকপা অঙাং অমা ওইরকই।

অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাকী মরাল মচা মচা পূম্নমক মমা ইবেম্মনা কূপশিন খুমজন্দুনা থম্নকপদগী মহাক্না হাঙ্গ-স্কুল য়োংকপা মতমদদি লমহেনবদা লাক্ক-ফানবা ওমদবা ছাত্র অমা ওইরক্লে।

হৌজিক্তি নবীনচন্দ্র মমা ইবেম্মগী কা হেন্দোকপা থৌজান্দগী 'গুন্দা কোকলেন' হায়বা উপাধি অমা ফংজরে। স্কুলদা অমদি কোলেজদা মচা ওইবশিংনা মিংচৎ ফংনরগা মমা ওইবীশিংনা পূকনীং মকা লাম্নৈজে। তৌইগুম্বন্থ নবীনচন্দ্রগী মমাদি মচানিপানা ( Wicket the great ) 'গুন্দা কোকলেন' কৌবা উপাধি অমা ফংলে হায়বা পাও তাবা মুমিত্তগী তূম্ব চাবা মচেৎ ওইরগা কপ্পতনা মপুং ফাবা মথৌ ওইজহৃনা লেপ্লক্লি।

গোপীমোহন অরা-অনা থত্তবা, ওমজবা দান-ধর্ম্মদা মপুকনীং লুপ্পা মীতানি। মহাকী আয়স্থ মতিক চানা লৈবনি; অদুবু মহাকী মুপীনা মচানিপাবু 'গুন্দা কোকলেন' কৌবা উপাধি অসি ফংহন্নবা

খাংহুনা উখা অমদা অহিং অহু লেপ্লে।

নোং ভানবগা ফকির ওইনা লাকুনা মহাজন্দা শেল অহু পীরখি। থৌদৌ অহু উবদা মহাজন্না মহাকপু থম্মোই ফাউনা মুংশিখি অমসুং থাজখি।

অসিগী মতুংদা দত্তনা র্যামদুল'লবু জাহাজ কোম্পানিগী থবক্তা থাজিনবি। মতম অসিদা মহাক থাদা লুপা ১০৲ ভরা ফংজরে। মহাক্না থাদা লুপা মন্ডা যংজরিবৈ মতমদা খরা খরা তুংশিনজহৌদুনা লুপা ১০০৲ ফারমই।

মাহুনা চাউথোক্লবা ভৌরগা মথোই খরা খরা ল'কপনা লাইরবা মবেনগী মতেং পাংলমই।

মহাক হৌজিক্তি জাহাজগী থবক্তা চংলবনিনা, চংলুরিবা থবক অদুগী মরমদা মুন্না খঙদোকফম থোকই খন্দুনা জাহাজগী অকুপ্পা মরোল পূম্নমক খিজিন খোৎচিন্দুনা খঙজিল্লমই। অদুনা, মতম অদুদা ঈশিংদা লুপ্তুনা লৈবা জাহাজ মথৈ টালা সাহেবকী অফিসতা নীলাম হেক হেক লাওংদু মহাক্না মুন্না রাখল ভৌরগা মমল লেপ্পা ওয়ক্লে। নেংমা, ভ'গীরথী গঙ্গাদা লুপতুনা লৈবা জাহাজ অমা উক্লবদা, জাহাজ অসি করম্না পাইস্নবা চিখংপা য়াগনি, মমল কয়া ওইফম থোকপা, য়'ওরিবা মালশিং অসিগী মমু দগী কয়া য়াম্না লৌবা য়াখিগদগে হায়বনচিংবা মহাক্না অনুমান ভৌনা হোৎভূন' য়েংলগা মমল অমা লেপতুনা থমজিল্লমই।

খরা লৈরগা মদনমোহন দত্তনা লুপা ১৪,০০০৲ পীদুনা র্যামদুল'লবু নীলাম অমা ওকলুনবা থারমই। মহাক্না টালা সাহেবকী অফিসতা থুংলুবা মতমদা পোৎ পূম্নমক নীলাম লোইরম্লে।

অদুম কোইহং হংবদা অয়াওবা মালপা কোম্পনা ঈশিংদা লৈবা জাহাজ অমত্তংদং নীলাম তৌগদৌবা লৈরম্মি। মাহুক্ন হৌজিমক নীলাম তৌরগনি হায়বা পাও অমা ফংলে। হায়রিবা জাহাজ অসি মহাক্না ভাগীরথী গঙ্গাদা উখিবা অদু'নি। পাও অসি ফংবদা মহাক্না চঙ্গিহুনা মহাজনগী মমিদা জাহাজ অদু লুপা ১৪,০০০৲ দা ওকলুরে।

নীলাম ওকলুরগা মহাক হন্দোরক্তুনা উরুম অমদা পোখাহুনা লৈরমই। মত্তম অদুদা সাহেব অমা হংথু হংথু লাকতুনা অফিসতা জাহাজ অদুগী মরমদা নীলাম কৌগ্রবরা, কৌদ্রিবরা, হংলখি। নীলাম লোইখিবগী অকুপ্পা মরোল পূম্নমক খঙলবদা সাহেব অদু রামদুলালগী মনাক্তা চংলক্তুনা মহাকপু কিনবা অমস্তুং থুকৎনবা হোৎনরখি। তৌইগুম্বস্তুং রামদুলালনা করিস্ত নাচুংবিদ্রবদা সাহেব অদুনা শেন্দোং হংপ্রুনা হন্দোকচগে হায়জরমই।

সাহেব অদুনা হন্না হন্না হায়জরবদা রামদুলালনা জাহাজ অদু লুপা লক্ষ অমা লিশিং ওয়ামরিদা য়োন্থোকলমই। পুং অমগী মন্নুংদা লুপা লক্ষ অমা শেন্দোং ফংবদু মহাক্না লৌথোকপদা মহাজন্না করিস্ত থৎকম, হায়কম লৈত্রবামক্তদা পুকচেল চাওবা অমসুং শেংবা রামদুলালনা শেল পূম্নমক পুরক্তুনা মহাজন্দা পিরখি।

পাখং মথোং কারকইবা লুপা ১০৲ তা ওলব ফংবা মহাক্না, মহাক্কী ফংকম থোকপদগী হেন্না পামশিন্নবা থৌদৌ অদু উবদা মদন-মোহন দত্ত ওকখিবমা মমিংতা মপি ওয়াং ওয়াং চেন্দুনা মুঙনা শাবা মূর্তিদা লৈরই।

ওহাক অহুম্না লৈকরগী দগুনা হায়রকই :—

"রামদুলাল! শেংন্দোং লুপা লক্ষ অমসিগী মরমদা ঐগী খুৎথিংজিনফম করি'মত্তা লৈতে। মসিদি নহাক্কী পুকচেল শেংবা অমদি নোম্বা কনবগী দমক্তা ঈশ্বরনা মঙোন্দা পীনবিবা মনানি।"

রাৈ অসি হায়রগা দগুনা মহাক্কী শেলহুৎ লুপা লিশিং তরামরি (১৪,০০০) অহু লৌশিনহৌরগা শেন্দোং লুপা লাক্ষ অমা অহু পীথোরকখি।

অঙকপনি, নোংদম্বগী নোংদম পু পাং শুদবা নেম্নবা মরাইবক্তা অরাংবা থাক্তা কারকাল।

হৌজিক্তি রামদুলাল নোম্বা কনবা অমদি পুকচেল শেংবা-মক্তনা ঈশ্বরনা পীনবা মনা কংজরে। মহাক লুপা লাক্ষ অহুমা পায়দুনা ললোন ইত্তিক তৌবা হৌরক্লে। মহাক্কা থরায় য়াওনা চোক-শিন্না হোৎনজবা মপান্না নোংমা নোংমগী মরাইবক ফবা ওইরক্লি।

মহাক মতম খরতগী মদুংদা জাহাজ মরিগী মপু ওইরক্লে। আমেরিকাগী ললোম্বা কোম্পানিশিংগা শকখঙ মাইখঙনদুনা মখোর পুন্নমক্কী থাজবা অমসুং চান্নবা মরূপ ওইরক্লে।

অস্মূন্না ললোন ইত্তিকতা অঙকপা ফংনা চাউথংলক্তুনা পৈশাগী কোমদা পুখরবস্থ মাহুদগী ওইরকফম থোকপা মরাই কাবা অমদি নাপম্না রামদুলালবু শোকপা গুম্নমদে! অদুনা হৌজিক্তি রামদুলালনা অহল ওইরবা মপু মবেম অনিবু লাইগুম্না লাৎতুনা সেবা তৌবা হৌখরে। মর্চেন্টশুপী অমদি মনাওনিপাবু লাইরিক নীংথিনা তমহন্দুনা মীওইনবা শেমখরে।

মদন মোহন মতুনা হিংহুনা লৈরিবামধৈ, মহাক্কী মকমদগি রামহুলালনা মনাই অমা ওইরম্বগী লমচৎ শাজৎত্তা অহুমক লৈরমই। মবুঙেঙ্গীদা চৎপদা ফজবা ফীরোল শেৎলমদে ; খোঙ্‌প খোকম থনমগা শুমাং অমদি সঙ্গাই ইমুংদা চঙই।

লুপা কোটি কোটিগী মপু ওইহুনস্থ মহাক্কা হায়া লৈরম্বা ফিভম অহু থক কাউথোক্লমদে! মাসি মহৎশিংগী খুদমনি!

ঈশিংদা লৈবা জাহাজ নীলাম ওকলুম্রিভৈগী মমাংদা মুলা যোড় কৌবা খুঙ্গংদা লৈবা মশক-মতৌ ফজবী, পুকচেল তপ্পী লৈশাবী অমা রামহুলালনা লুহোংহুনা লৌই।

হিন্দুশিংগী অস্থয়া হায়নবা অমা লৈ :—

"অফবা মুপী ফংবনা নিপা ওইবশিংগী অথোইবা লম্নি।"

হায়নবাগুমহুনা রামহুলালস্থ লুহোংলবা মতুংদগী অঙকপা ফংনা চাউথৎলকপনি। মহাক্কী মচাউথৎ অসি উবদা মীপুম খুদিংনা মথক্কী রাফম অসি অমুক হেন্না থাজনখি।

মহাক্কী পুন্সিগী লোইনবী অহুস্থ অফবা গুণখিবিক্লা লৈভেংবী অমা ওইবগী মথক্তা পোৎকী মগুণ থঙবী অমস্থ ওইরমই। অহুনা পোৎ-চৈ পুন্নমক মফম চানা-চানা থম্বা, অরেম্বদা মাংহন্দব', সিজীন্নফম থঙনা সিজীন্নবা অমস্থং চোকশিন-খোইজাম্বা হায়বা অসিনা মহাক্কী মরু ওইবা থবক ওইরমই। অস্থয়দি ওইরবদা মহাক অসি পীথোকফম চানা পীথোকপদা পাম্মুবা লৈরমদে। অহুনা মাঙোন্দা কৈরোই-লৈকাইগী অরা-অনা পুন্নমক্কী চংনফম ওইরমই।

রামহুলাল হায়বা নিপা অসিস্থ দান-ধর্ম্মগী মরমদা ওমথৈ লৈরমদে। কনাগুম্বা চাকনি-ফীনিবা অমত্তনা মহাক্কী থোংজিন্দগী মশীং থুদনা হুনখিবা লৈত্তে।

মাত্রাজগী চাক তাংবা কুমদা মহাক্কা লুপা লক্ষ অমা দান তৌখি। অহুগা মহাক্কী আফিসতা মুভিগী লুপা ৭০,৭০৲ দান তৌই। বেলগাছিয়াদা মীথুংফম শং অমা কৎলমই।

হ'য়রিবা শং অসিদা মুভিগী মী লিশিং অমমম্না চাবা থকপা ফংই। রানা-নংনা হৌরক্লবা রামতুলালনা মহাক্কী পুকচেল শেংবা অমদি নোম্বা কনবা মক্তনা তানর্শিগুরকপা অহুমুক দান ধর্ম্মদস্থ কখোলকমই।

১২৩১ স'লদা মশাগী চহি ৭৩ শুবদা মহাপুরুষ অসি গঙ্গা মপান্দা মহাক্কী অরোইবা স্বর হোনখি। মহাক্কা লুপা কোটি অমগা লাক্ষ ২৩ কুনহুমদোই থম্নমই। মহাক্কী মচা নিপা অনিনী আশুতোষ অমসুং প্রমথনাথ। মখোয় অনি অসিমু সতুবাবু, লটুবাবু হায়না মশিং চংখি।

# উদ্ধারন ঠাকুর

শক ১৪০৩ দা সপ্তগ্রামদা, দত্ত বংশদা পোকই। মাবু পোকপা মপাগী মমিং শ্রীকরদত্ত অমসুং মমাগী মমিংনা ভদ্রাবতী কৌই। উদ্ধারনবু পোকপা মপা অসি ললোন ইতিক্তা য়াম্না আর লাকপা এনাক খুনবা নিপা অমা ওইরমই। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কা সমপত্তি পুম্নমকী মপু ওইহৌই। উদ্ধারন এনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী অমত্তা পোকচবা মচা ওইরবস্থ কেথোক মৌথোকপা অমদি লমকৈ চৎতুনা অরেম্বদা পৈশা মাংহনবা তৌরমদে।

মরম অসিদগী মপানা থম্বিরমবা সম্পত্তি পুন্নমক য়াম্না চোক-শিন্না ঙ'ক শেল্লমই।

মহাক্না খল্লমই—"লন-থুম হায়রবসি হন্দকী মপোকী নত্তে, নহানমুক্কী মপোক্তা ঐনা ভৌজররকপা অমদি তাঞ্জররকপা মপান্না হন্দকী মপোক্তা ইরা রাদনা ফংলরিবনি। অসিগুম্লবা লন-থুম অসিবু মরম চাদনা অরেম্বদা শীজিন্নহুনা মাংহনগ্রবদি হন্দকী মপোক অসিদস্থ অরাবা তাগনি—হয়েংমুক্কী মপোক্তস্থ অরাবা ন'লুনি।"

অসিগুম্লবা দত্ত শাগৈগী থাউমৈ ওইরবা উদ্ধারননা বাঙ্গালাগী নবাব হুশেন শাহগী মফমদগী চ'ওরবা-পাক্রবা লম অমা লৈরগা মহাকী মমিংদা উদ্ধারনপুর থোনখি। উদ্ধারনপুর হায়বা লম অসি হৌজিক কাউবা কটোয়াগী মনাক্তা লৈরি। উদ্ধারন হায়বা নিপা অসি অথোইবা ভক্ত অমনি। মতম অদুদা ধর্ম্ম শন্দোক্লবগী দমক্তা শ্রী নিত্যানন্দ লেঙঙকখি। শপ্তগ্রামগী মফ্‌ংদা নিত্যানন্দনা উদ্ধারনগী ময়ুমতদা লেঙশিন্দুনা লৈবিবখি। মবুঙেঙাগী নীংখিবা পাউতাক তাবা ফংবদা উদ্ধারনগী মপুক্লীংদা মক্লস্বা পুন্নমক কোকচখি। পূক্লীংগী মক্লস্বা কোক্লবদা মহাকী থম্মোইদা জ্ঞানগী মশেক মঙাল অমা ফাউ-রকখি। মহুগা লোইননা বৈর'গ্যগী রাখলস্থ পোকলকখি।

মসিগী মতু'দা উদ্ধারন, সম্পতি পুম্বা থাদোক্কুনা অথোয়বা লন তাম্নবগী দমক্তা নীলাচলদা লাকখি। নীলাচলদা মতম খর লৈরম্রগা বৃন্দাবন তাপ্রা লাক্কুনা বৃন্দাবনবাশী ওইরখি। মফম অদুদা মতম কুইনা নাম শোন্দুনা মহাকী অরোইবা মতম্ল ঙাইরম্মী।

শক ১৪৬০ গী মাঘ থাগী থাশিগী ১৩ নি পানবা হুম্রিত্না, মশাগী চহিনা ৫৭ শুরগা, মহাকী হকচাংদা মাওরদা মৈ, চুমিং,

মুংশি, লৈপাক, অহাংবা মঙা অসি অমাও অতা লৈত্রবা শ্রীধামগী মফম মফমদা তিনখি। অসিগুম্বা ঠাকুরগী পুন্সিগী থৌদোক্তা মীওইবদা পংওই ওইথোক্তবা রাগী অমা তাবা ফংই :—

নোংমা মোইবুং অমদি মোইবুং খুজি য়োনবা নিপা অমা সরস্বতী তুরেন মপান্দা অসুম লাকতুনা সপ্তগ্রাম ত'ম্ন চণ্ডলকখি মহাক্কা অসুম লাকপদা মফম ইখও খওহৌদনা লম্বীদা মশক মতৌ চংখোনবী লৈশাবী মচা অমা থেংনরে। মুপী মচা অসিনা খুজি য়োনবা অতুদগী খুজি জোড়া অমা লৌরে। মতম অতুদা নিপা অতুনা মমলগী রা হায়রক্লবদা মুপীমচা অতুনা উদ্ধারনগী মযুমলো'মদা মখু'দাম্বী থিন্দুনা ত'ক্লগা, মমন্দি মতোন্দগী লৌবিক হায়রকই। রা অতুদা নিপা অতুনা য়ানিদবা উংলবদা মুপী মচা অতুনা অমুক হায়রকই—

"খুজাঃ ঐনা হায়জবিবা রা অসি উদ্ধারন দত্ত মহাশয়দা খুড়না তম্বিক্লবনা কবিগুম্বা দত্ত মহাশয়না য়া'বিরক্রব', অসুম্ন' অমুক হায়বিয়ু; য়ুমগী নোংপোক থব কাঁচনগী উখেং আনগী কারক্তা উপাক্ল পোথাফম শেম্লিব, অতু মরক্তা মচানুপীগী শনা মোহর মঙা লৈবনি, মতু মচানুপীনা থর পীনবিরকউ হায়জরকই, হ'য়ু বযু। অতুদা ফাওবা মহ'ক্কা য়াদবা থে'ক্লবদি মফম অসিদা অমুক ল'ক্তুনা খুজি অসি লৌবিরো। ঐহ'ক মফম অসিদা লেওদনা লৈজরমগে।"

রা অসি তাবদা নিপা মহ থাজবা পোক্লহনা দত্ত মহাশয়গী মযুম তাম্না লাক্লে। মহাক য়ৌরক্তুনা দত্ত মহাশয়দা রাগী শীংবুন পুম্নমক তম্লরে। নিপা অসিগী মফমদগী তাব ফংলিবা রা পুম্নমক অসিনা দত্ত মহাশয়দি মংওম্না থোক্লরে। তৌইগুম্বসুং তাক্লক্লিবা মফম অতুদা য়েংউবা মতমদদি শনা মোহর মঙা অতু ইরুং লংনা

লৈরম্লে। মহূ উবদা দত্তদি অমুক হেন্না অঙকপা অকিবা পোকখরে। মতুংদা দত্ত মহাশয়না খুজিয়োনগা নিপা অহূদা হায়রকই—"ইবুঙেঙ্ঙা! নহাক্না হুপী মচা অহূ ঐঙোন্দা উহনবা ওম্লবদি শনা মোহর মঙা অসি লঙোন্দা পীগনি।"

অহূম্না হায়নহূনা মখোয় অনি সরস্বতী তুরেন মপান্দা হুপী মচা অহূনা লৈহৌবা মফম অহূ তাঙ্না লাকমিম্নরে।

মফম অহূ য়েৌরগা মখোয অনি চংহূনা হুপী মচা অহূগী খোঙ্গূল লিহূনা কোইথি থিবদা ফংবা গোলা লৈখিদরে। থিবদা ফংনবা কৌবদা লৈত্রবদা দত্ত মহাশযনা নিপা অহূদা হায়রকই:—



"খুজি য়োনবা ইবুঙেঙ্ঙা, নহাক্তি নরাইবক কপ্রেদা! নহাক্তি মরাইবক ফবনা মহৈগী মবেন্মা বীণাপাণি দর্শন কংহোরে; অহূম্নদি ওইরবদা পেন্দবদি ইমাবু নঙনা থঙহোদরে!"

দত্তগী রাহৈ ভাবদা খুজি য়োনবা নিপা অদু ওঃ খোংনা কপ্লক্লে। তপ্পা অসিদা খোঁজাল হৈবী বীণাপানি ইমানা মনাই অনিগী চিংনবা, অরাবা কোকপীগে হায়বগী দমক্তা সরস্বতী তুরেন মপুংদগী মোইবুং খুজি অদু সিরিবা ইমাগী পাম্বোম অদু থিঙ্গৎলক্নুনা মখোয় অনিদা দর্শন পীনবিরমই।

মতম অদুদা মখোয় অনিমক মু ঙাইবা ঈপাক্তা তাউখ্রখি। মতুংদা দত্ত মহাশয়না সনা মোহর মঙাদু খুজি য়োনবা নিপাদুদা পীখি।

বৃন্দাবন লীলাগী মতমদা কৃষ্ণগী চান্নবা সখা ১২ লৈরমই। মখোয়শিং অদুগী অদুগী মমিং শ্রীদাম, সুদামা, সুবল, মহাবল, সুবাহু, ভদ্রশেন, স্তোককৃষ্ণ, পুরাম, লবঙ্গ, মহাবাহু, গন্ধর্ব্ব, বীরবাহু অসিনি।

বৈষ্ণবশিংনা হায়নৈ মখোয় তরানিথোই অসিনা অমুক চৈতন্য প্রভুগী লোইনবা মনাই ভক্ত তরানিথোই ওইরখি উদ্ধারন ঠাকুর সুবাহুগী শায়োন্ন।



## আলফ্রেড

থাইনা মমাংঙৈগী মমিং চৎপা ইংলণ্ডগী নিংথৌ [অমনি। এথেল-উলফগী ঔরসদা বার্গাগী গর্ভদা খৃষ্টাব্দ ৮৪৯ দা মহাক পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী লাইরিক হৈনিংবগী অকনবা ইচ্ছা অমা লৈরকপনা মহাক চহি নৌনা মহৈ মশিংদা মীথোই মীহেনবা ওইরকই।

মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা ময়াম্বা অহন্না নিংথৌ ওইরবদা আলফ্রেডপু অখোইবা মন্ত্রী অমসুং লন্মীগী লুচিংবা হাপ্লমই। থবক অনিমক অসি মহাক্না থরায় য়াওনা অমসুং হে-শিংনা পা থোক্লমই।

খৃষ্টাব্দ ৮৭১ দা ময়াম্বু নিংথৌ থুপগ্রবদা মহাক্না সিংহাসন ফংহৌই। মতম অসি দিনেমারশিংনা ইংলণ্ড জয় তৌগে, কন্না হোৎনরকপা মতম্নি। মখোয়গীসিং অসগা আলফ্রেডগা হন্না হন্না লানফম কয়ামুক শোরবা আরমই।

হৌজিক্কি আলফ্রেডগা দিনেমারশিংগা লানথোকনবা হৌরক্লে। মতৌ অসুম্না লানফম কয়ামুক থেংনরকপদা লানফম অমদদি আফ্রেড মাইথীবা ফংলমই। তাঞ্জানা য়াখিদবনা, গতি লৈতবনগী মহাক ফীজেৎ হোংদুনা কনাগুম্বা লৌমী অমগী লাইরশংদা চংজকম লৌরমই।

মতমগী ঈচেল অঙকপনি! লাইরবা এনাক থুম্বা থায়রিদে, অচৌবনি মচানি য়েংবিদে! নিংথৌনা লৌমীগী ফীজেৎ শেৎদুনা, লাইর-চরা চাদুনা চক চনাই মরক্তা য়াহিপ নোংফাই চল্লিদো!

নোংমদি লৌমী মুপীনা ফীশেৎ ওনবা নিংথৌদা মৈথক্তা থাজৎ-লিবা ভনগংদো মথক মথা ওল্লম্মু হায়রমলগা চক্তবা য়াদবা থবক অমা

চথোকখি। থবক অসি নিংথৌ অমনা কয়া হৈনরোইদৌবা ওইরবস্থ আলফ্রেডতি তৌগে হায়না নিংলমই। অস্থুমদি ওইরবদা মতম অসি মহাক্তি মীখুন্না তাগ্রবা মমা লৈবাকপু মতৌ করম তৌরগা হন্দোকপা ওমগদগে হায়বা রাখন্দা মপুকনীং লুপতুনা লৈরম্বা মতাং ওইবনা তল অহুগী মরমদা রাথল থিংজিল্লুবা ওমলমদে।

লৌমী মুপী অহুনা হজিল্লকপা মতমদা তল অহু মৈথক্তা কারণ তৌনা লৈবা থেংনররে। মতম অহুদা মুপী অহুনা আলফ্রেডতা 'চানি হায়বা রাখন্দি থক কাউদে অহুগা চারিবা পোৎ অসি ওই-হল্লক্লবা থবক্তি হৈতে' হায়হুনা চৈরকখি।

আলফ্রেড, মতম অসি শাওক্লবা মাবা মতম নত্তে হায়বগী শাওক্লদবতা নত্তবা থাঙ্গৈমক শেংনা শাওরমদে।

মহাক লৌমীমুপী অহুবু মমাওম্না নুংশিরমই অমস্থুং থল্লবই। মমা শক্লবী মুপী অহুগী ফোরোই য়েংলগা মহাক্লা মুপী অহুগী নুংঙাই-তবা, শাওনিংবা কোক্লবা হোৎনরমই।

মতৌ অস্থুম্না লাইরশংদা থুত্তুনা লৈরগা মহাক তৌদ্রি থোহুনা য়েক্লবা দিনেমারশিংগী লামবন মরাদস্থ কেংইথোকলুই। অহুগা মমিৎ-মক্লা মথোয়না শেমশারিবা, হোৎনরিবা থৌওং পূরমক খঙদোকলুই।

থৌওং পূরমক খঙদোকপা লোইরগা আলফ্রেডনা মরৈবাক্কী লাম্মী খোমজিন্দুনা এডিংটন কৌবা মফমদা শোকনবা লানফমদা দিনেমারশিংবু মাইথীবা পীরে।

অসিগী মতুংদা কাংবু অনিমক সন্ধি তৌমরে। সন্ধি তৌনরবা মতুংদা আলফ্রেডনা দিনেমারশিংদা লৈবাক মচেৎ অমা পীথোক্লগা লৈবাক প্রজা পূরমকপু তাক শেন্দুনা মনীং মথা তম্না পাম্লে।

মতুংদা মহাক্না ঈশিংগী লাম্মী শেমগৎতুনা য়েরবা ভাকুশিংগী অকিবা মীহাৎ-মীপুন্দগী চিংনবা-মিপাইবা পূন্নমক কোকহল্লে। লৈবাক প্রজাবু লানফম থিবিক্তগী 'অকি-অথং কোকহনবত নত্তুনা আলক্রেডনা মরৈবাক মন্নুংদা ফজবা ,অচুম্বা নীতি হোদোকতুনা মরৈবাক মজাতিবু চংখেংম্না চাউখৎহন্দুনা মুমিং-থানা পাল্লিবা মথৈ অমা-অতা লৈরোই-দৌবা নিংচৎ ফখি।

লাইরবা এনাক-থুনবা প্রজা পূন্নমক্না নীংথিনা খণ্ডলবা, ম্লারবা অমদি অকায়বা লৈররোই হায়না মন্নাম্না লেপ্পরবা অচুম্বা নিয়মশিং অতুতনা মরম ওইতুনা প্রজাবু মহাক্না পেলহল্লমই। মহাকী পুন্সিদা নোংমা মুমিং অসিবু শরুক অহুম থোক্না থাইদোক্লমই। শরুক অমনা ধর্ম্মগী মরম নৈনবদা, অনিশুবা শরুক্না লৈবাক ঙাকপগী মরমদা, অহুমশুবা শরুক্না চাবা-থকপা, হরাও-কুমৈ অমদি তুম্বা-হিপ্পগী মরমদা শিজিন্নরমই।

লৈবাক অমা চাউখৎপা হায়রবাসিদা মীপুম খুদিংবু ম্লামত্রবদা লাইরিক ইবা পাবফাওদংদদি ঙমহনবগা লোইননা খুৎ-শা হৈবগী থবকসু চাউখৎহনগদবনি হায়বসি মহাক্না করিগুম্বদা কাউথোক্লমদে। আলক্রেতকী রাণীগী মমিং অলস উইথ কৌই। রাণী অসিগী পর্ভদা মচানিপা অনি, মুপী অহুম পোকলমই।

খৃষ্টাব্দ ৯০১ দা মহাপুরুষ অসি নোঙ্গাখি।



## রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র

সনা লৈবাক মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মনুংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগা মান্নবা লাইবক ফবা লৈখিদে হায়বসি 'ভাগ্যচন্দ্র' হায়বা মিংথোল অসিনা ময়েক লানা তাকপগুম নিংথৌ অসিগা মান্নবা অরা-অনা নংবা, মরৈবাক্তগী ভাঙ্খোকপীদুনা চীংঙুং মানুংদা চেন্দুনা অমদি মীরৈবাক্তা চংজফম লৌদুনা পুনসিগী অয়াম্বা শরুক লেনখি হায়বসি মহারাজ অসিগী মিংথোন 'চীংশাংখোম্পূ' 'চীংখংখোম্পূ' হায়বা অসিনা তাকই।

( কবুইলোন )

মহারাজ অসি অচম্বা মী নত্তে, লাইনা থাবা কনাগুম্বা ভক্ত অমগী শাইওন্নি হায়বসি শ্রীযুৎ অসিনা তৌরম্বা অমদি পাংথে ক্লম্বা থবকশিংনা অদুমক তাকলি :—

ভাগ্যচন্দ্র অমসুং ময়াম্নুং গৌরশ্যামবু শকাব্দ ১৬৭৫ দা ভরত শাই অমদি তোলেনশাই অনিনা হাংকে থৌরাংলক্লবদা মমা ইবেম্মা মরিংচখা লোইখোম্বীনা মজাইবুঙেঙ্গা অনি পুদুনা তোংহু চীংমীখুন্দা লোংলি।

তোংহু নিংথৌনা চুম্নগী অঙাং অমাগুম পাম য়ানহুনবদা মমা-মবশিংদগী ভাগ্যচন্দ্রনা হেক্তা মহেল্লি।

তোংহু নিংথৌ মশামক্তা লম য়েন্নদুনা তান্নবদা নিংথৌদগী শরুক অনি হেল্লি।

তোংহু নিংথৌগী পুকনীংদা চিংনবা পোকতুনা তোংহু পাখংবগী স্বরুংদা কোনয়াই হুনবদা পাখংবা লেঙখোরকতুনা দরশন অমসুং কৃপা পিখি।

অস্নুম্না লৈরিবা ভাগ্যচন্দ্রবু ভরতশাইনা মাইকৈ ময়িদা মীহাৎপা থাদুনা মাংহনগে হায়না শরৌ শিল্লক্লে।

পাও অসি তোংহু-নি'থোনা তারবদা চিংনরক্নুনা খরা লাপ্পা থৈদোক্কে হায়বগীদমক্তা মরীং অমদি চৌক্ত তাবা লম্বী অনি তাকচুনা থাংজ ভরেংতা শাবা শরাং-ভা অমা মশা কনবা পীরগা থিন্দোরকই। তোংহু-নি-থৌ লৈহৌরে। মগা মচা মখোয় অহুম মরীং চৌক্ত তায় লাক্লে। থোইনা লাপ্পা চক্রিকৈডদা মীহাৎপা কাংবুনা শরাং-ভা মুন্দুনা মমা-মচা মখোয় অহুমু হৎকে থৌরাংবা তোংহু নিংথৌনা অথাপ্পা চীংথক্তগী উদুন। লাওবদা মকম অহুয়াইগী চীংমী ইচিন-ইনাও ময়াম থোরক্নুনা মাহাৎপা পুয়মক সরেন চনখি।

মতুংদা খেলৈ মুনাং ভেলহৈবনা মরীংদগী মমা মচা মখোয় অহুম পুরক্নুনা, গৌরশ্যাম্না নিথৌ ওইরে।

নিংথৌ গৌরশ্যাম চহি খরা পাল্লমলগা স্নাহক্যাং ইহুনা রাকচীং থাদা নোঙ্গাথ্রবদা খৃষ্টাব্দ ১৭৬০ দা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরগী নিংথৌ ওই।

মতম অসিদা শ্রীযুৎ মপুংদা চহি ১৪ শুরে। পিকনা নিংথৌ ওই হায়দুনা মহারাজ অসিবু নিংথেম পিশকম্নু কৌই।

মতুং চহি খরা লৈরগা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ মুংনাং ভেলহৈবনা মোইরাং থাংজীংনা কোল্লিবা লম অসি খরখিৎ পিকমল্লি লমখরতদি হাল্লিয়ু নিরবদা মহারাজনা, 'নিংথৌ ঐদ লৈবাক প্রজাগী মনাইদ্বি ওমই হায়দুনা ঐগী খুসিনা লম হেক পীথোকপদি রাজনীতিদা অকায়বা ওইনি' খন্নুনা পিখদে'।

মাসিদা খৈলৈ মুংনাংনা শাঁওদুনা কবোক্তোদোই নিংথৌগী মতেং লৌদুনা লান্দারকই।

ভ'গ্যচন্দ্র মহারাজ মতম থরা মীরৈবাক্তা থুপতুনা মতাং তাঙ্গা অমা ভাইবনা চুমপদোমাম্লে ংন্দুনা মজাইবুঙেঙ্গা অনিবু মকুইবুঙেঙাগীদা খিল্লমলগা মপাইরেন অহুম পুন্থনা চীঙ্গু-মাঙ্গুং তমলক্লে। লম্বীদা গৌরশ্যাম শর্ম্মা, হুইদ্রুবা সুবেদার, অথাম মেঙ্গর, অগুম্বা অহুম উনত্তুনা সনা থোংগন ইল্লকথি।

মতৌ অসুম হৌনা ভ'গ্যচন্দ্র মহারাজ চীংঙ্গুং মাঙ্গুং শমত্থনা লেঙলকপদা চীঙ্গুংদা ভুগী আগা পুন্থনা, রাশক পরৈনত্থনা থোঙ্গু-স্থুংদা নেৎপদা, মথৌ সল্লবা খুৎলাইমক্তা হকপদা ময়েক রানা তারিবা স্কুত্রপাক মথকমক্তদা সনাথোঙ্গুন তাহৌত্থনা হৌজিক কাওবা কোহিমার্নাচংবা মকম থরদা লৈরি।

অস্তুম্না লেঙলকপনা কাছার তাহুনা, কাছারদগী তেথাও য়োত্থনা তেথাও নিংথৌগীদা লেঙ'শল্লরে।

তেথাওদা মীনিন তাব য়াদবা শামুয়াইশা ফারমদাইদা শ্রীযুৎকী মংদা শ্রীগোবিন্দ লেংবিরক্‌না ইবুঙেঙাগী রূপ দরশন পিনবিথি।

শামু ফারবা মতুংদা তেথাও প্রজা অপুম্বা মহারাজগী মীমক্তা ওইথরে।

তালক অসিদা ভ'গ্যচন্দ্র মহারাজ মণিপুর প্রজাগী পুক্নীং বাথল অমা হাইফেৎ থঙনিংবদগী চীংমীগী ফীশেৎ থোন্দুনা চীংমী শাহুনা মৈতৈ লৈবাক পাংলকই।

মতাং অসিদা লূরাংলোন খুলেন্দা লেঙশিন্দুনা চেং থরদং নিরুবদা থোশাবিরক্তবা, পান-মনা নিরুবদা পিরক্তবা থোদো অহু উবদা মহারাজনা চাবা কৌবদা ননিং থুংদবা ওইয়ু হায়না শাপ তৌরম্বনা হৌজিক রায়রিবা থুন অসিদা কৌরাম শাথলি, কৌশংনা চাই; পান-মনা অপাকপা কংদে নাকুম্নী থরা কংই।

মতৌ অসুম্না লমাংদোং য়ৌহনা মতং থরা প্রজাগী ঈ-পাও তাহনা কোইয়েও লেওহনা লৈরমলগা অমুক হন্না তেখাও য়ৌখিহনা তেখাও নিংথৌগী মতেং লৌরগা অরাশি বু মাইথীবা পীখি। খেলেম্বা লান্দা মথরায় থাখি। লান্দা অরানা ফাখিবা মধুচন্দ্র, লাবণ্যচন্দ্র অরাগী খুত্তগী মুলহৌই।

খৃষ্ট'ব্দ ১৭৬৯ দা ভাগ্যচন্দ্র অমুক হন্না মণিপুরগী নিংথৌ ওই। মতুং থরা লৈরগা গোবিন্দ নিরূপণ তৌই। মহারাজ অসিনা নিরূপন তৌরম্বা বিগ্রহশিং শ্রীবিজয় গোবিন্দ, শ্রীগোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীমদনমোহন, শ্রীবংশীবদন, শ্রীনিত্যানন্দ, অসিনি।

শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবা মুমিৎ অহুদগী মুমিৎ মঙানি চুপ্পা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা রাস শংখি। মহারাজ অসিনা হৌদোকুম্বা মৈতৈ এখোয়গী অশেংবা ইরন ওইজরবা রাস অসি পৃথিবীগী মফম খুদিংদা মমিং চংলি অমসুং চংলক্লি।

শ্রীগোবিন্দগী থৌজ'ন্দগী মহারাজ অসিনা কচ্চখিবা রাস অসি শ্রীরাধ'গোবিন্দনা পেনবিনবগী দমক্তা কচ্চবা ওইবনা পৃথি শিনথুংনা মমিং চংলি। অহুগা অচুম্বা পোংশক থরত্তনা শেম-শাবা মৈতৈ এখোয়গী রাসগী পোংলোইনা পৃথিবীদা তোপতোপ্পা মশক নাইবা পে'ংশক অমা ওইনা লৈরি।

মতৌ অসুম তৌনা শ্রীগোবিন্দজীউগী মনাই অমা ওইনা লৈজবা মহার জনা, বামোণ কোকপৈ অঙাং ওলহনথরে হায়বা পাও হেক তাবা খুদক্তা শ্রীগোবিন্দ ইবুঙেঙানা 'নঙগী মতম লোইরে, তীর্থদা লৈরুরো' তাকপিরে হায়না লৌহনা শ্রীনবদ্বীপ যাত্রা তৌরকখি।

মুমিৎ অহুগী যাত্রা পুংক্ষম অহু খর থেংখিবনা বিষ্ণুপুরদা পল'লি। অহিং অত্তদা মবুঙেঙা শ্রীগোবিন্দনা মনাইগী মংদা শ্রীবিগ্রহ ময়াম নিরুপণ তৌখিবদগী লেমংখৌবা থৈবোং পাম্বী মরু অহুনা আবদৈতপ্রভু নিরুপণ তৌরগা মতম অ'সমত্তুদা সেব চংলমখো হায়না খাম্বিহুনা আবদৈতপ্রভু নিরুপণ তৌরমই অমসুং মতম খরা সেবা চত্তুনা লৈরমই। মাহুদগী নবদ্বীপ তাম্ন লেঙলকই। শ্রীযুৎনা নবদ্বীপ য়োবা মতমদদি শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র অমদি শ্রীঅনুপ্রভু কোংনা সেবা চংপা য়াদবনা লৈমুং চন্দুনা লৈরমলে।



ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মরম অহু খিবদা শাক্ত অমসুং মুসলমানশিংগী প্রভাবননি হায়বা খওলহুনা মতম অহুগী নবদ্বীপকী নিংথৌগা উনহুনা ওাংনরগা য়ানহুনা নবদ্বীপচন্দ্র, অনুপ্রভু কোংনা সেবা চংপা

হৌরে। লম্বীদা নবকীর্ত্তন চংলে। থৌদোক অসিদগী মুথরুরবা গৌর ধর্ম্মবু মণিপুর নিংথৌনা অমুক লিংখৎলে অমন্নুং শন্দোক্লে হায়না মফম অদুগী প্রজানা শরু শোন্নখরে। থোকপ্রিবা থৌদোকশিং অমদি পাংথোকপ্রিবা থবকশিং অসিদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু লাইনা খাবা অথেইবা ভক্ত অমনি লৌরুবদা থোইনা লাল্লুকম অমদি চিংনফম লৈতে।

অসি পুন্নমক্কী মথক্ত। অমুক্তমু মহারাজ অসিগী শনা হকচাং থুপপ্রিবা মথুপ অসিনমু অমুক্কা হেন্না ভক্ত রাজর্ষিগী মফমদা ভক্তি প্রেমগা লোইননা থাজবা পোকহল্ল

মতুদি কর্ত্তা মহারাজ দেহ পতন ওইরবদা সংস্কারগী শিঙ শেম্বা হৌরকপদা কনাগুম্বা মহপুরুষ অমা লাকতুনা মাগী শিঙ শেম্মুমু, মাগীদি থাইনা নরোমত্তম ঠাকুর মহাশয়গী চিতা লৈরি; লৈপুং অসি হন্দোকউ হায়রুনা তকপগী মতুং ইন্না লৈপুং অদু হন্দোকরউদা ঠাকুর মহাশয়গী চিতা অদু ইকাই কাইদনা লৈরমলে। হায়রিবা চিতা অদুদা মহরাজগী পতন ওইরবা দেহ শংস্কার তৌখি।

---

# মোহেশদাস

বুন্দেল খুন্দগী মমুং চম্বা খুঙ্গং অমদা পোকই। মহাক কবিত্ব শক্তি লৈবা মী অমনি।

দিল্লীগী সম্রাট আকবরনা মহাক্কা কবিত্ব শক্তি, ঈশৈগী বিদ্যাদা হৈশিংবা অমদি পাইরক্কী লৌশিংদা মাগুম্বা লৈতবা অসিনচিংবা মগুণশিং অসি উবদা অণ্ডকপা ফহুনা 'কবিরায়' উপাধি পিখি।

উপাধি অসি ফংলবদা মহাক নিংথৌরেল আকবরগী রাজ সভাদা নাইবা ফম্ফম ফংলে।

মতুংদা অমুকস্ম সম্রাটনা 'রাজ' উপাধি পীহুনা, লম খরস্ম নিংথৌগী খাজনা য়াওদনা মহাক্কী মনীং তম্বা মখাদা থম্বিখি। অদুগা লাণ্মী লিশিং অমগী লুচিংবস্ম হাপ্পিখি। মতম অসিদগীদি মহাক্কী 'বীরবল' হায়না খঙনখরে।

বীরবল অসি পাইরক্কী লৌশিং অসুক্কী মতিক শিংই— নিংথৌরেল আকবরমক্তা মন্ত্রীশিংগা যুম্না ভায়দুনা মহাকপু অমুক্তং য়ারী য়াতাই শানবা অমদি মরৈ অসুম য়েৎনবদা মাইথীবা পীগে হোৎনক্তাও রানা থোক্লমই।

মহাক অসি পোকপদগী মশানা লোইনজরকপা মগুণ অমস্তুং মথৌনা লৈবা নিপানি। মহাক্কা চংখি চংখিবা মফমদা মতিক চাওবা মীনস্ম তরাই তরাই তৌবা ওম্বা মীশক অমা ওইরমদে। পুন্নমক অসিগী মথক্তা মহাকপু হেক উবা অমদি মহাক্কী য়াঙাং তাবদা অউবা অতাবা মী পুম্বগী অর-অনা কাউবা মীশক অমস্তুং ওইরমই।

অসিগুম্লবা বীরবল অসি মথৌ-খণ্ডবা মী অমা ওইবগী মথক্তা আকবরবু য়াম্না নুনা নীই। অচুনা হৌজিক্তি মহাক নিংথৌরেনগী থবক্তা পুকনীং হুকপা' অমত্তা ওইনা শীশিল্লবা হৌরক্লে। থৌদোক খিবিক অসিদগী সম্রাট আকবরনা মহাকপু মিকুপ অমাফাও থাদোক-পদা য়'না থোকলমই। মহাকপু উবনা সম্রাটকী নুংঙাইবা অমদি বুদ্ধি লৌশিং থোকপা ওইবমই।

খৃষ্টাব্দ ১৫৮৬ দা আফগানশিংনা নিংথৌরেনগী মাইয়োক্তা লান-দানি হায়না খণ্ডহল্লক্লবদা কাবুলগী সেনাপতি জৈনখানা সম্রাট আক-বরদা লাম্মী খরগা থাজিনবিরকউ হায়জরমই।

মতম অচুদা রাজা বীরবলনা লুচিংচুনা লাম্মা ভেঙ্গোল পুচুনা কাবুল তাম্না খোঙশাল্লমই।

লাম্ফম অসিদা সম্রাটকী লাম্মীনা মাইথীরে। আফগানশিংনা পার্ব্বত্য প্রদেশকী ম'ইকৈ মরিগী লান্দ'শিল্লকপনা লাম্মী পুম্নমক কায়চুনা চেন্নবমই।

মতা অসিদা জৈনখা অমসুং রাজা বীরবলদি আফগানশিংবু মায়োক য়ানবা কন্না হে'ৎনরমই।

মতো অসুম্না লৈরিবা ল'ম্নবু অ'ফগ'নশিনা অহিং অথেংবদা লান্দ শিল্লক্লুনা সম্র'টকী ল'ম্মী য়াম্না হাৎলক্লে। শিগ্রিবা লাম্মীশিং অসিগী মঙ্গু দা রাজা বীরবল য়াওখি।

মহাত্মা পুন্সি মতোন লোমখিবা অসি খৃষ্টাব্দ ১৫৯০ দনি। বীরবল নো ঙ্গাখিবগী পাও, অসি তাবদা নিংথৌরেন আকবর নুংঙাই-তবা মক্তদা ম'ইথোং লাংশিন্দুনা নুঙগী মূর্ত্তিগুম লৈখি।

# সকরেটীজ

গ্রীস লৈবাক্কী মমিংচৎপা দার্শনিক পণ্ডিত অমনি। মহাকপু পোকপা মপা সফরোনিস্কস মুগুগুবা, নুভগী লাইতিন শাবা মিপা অমনি। মমা ফিসারেটীনা মঙাং উনবগী মাইবীনি। মহাক খৃঃ মমাং ৪৬৯ শুবা অন্দদা পোকই।

আথেন্স খুঙ্গ দা লৈবা অঙাংশিংনা মতম অদুদা তম্নবা বিষয় পুন্নমক মহাকস্থ লোইনা তম্লমই। খুল অদুগী অঙাংশিংনা তম্নব বিষয়শিং অদুত নত্তনা মহাক্কি জ্যামিতি অমস্থং পাঞ্জিস্ম তমহনা হৈদোক্লমই।

তমগদৌবা শকক খরা তম্বা লোইরগা মহাক ইহান-হাব্বদা লাম্নীদা চঙই। লাম্ফমলক্তা মহাক্কী থৌরাং হৈবা, লাম্বোং খঙবা, অইং অশা খাঙহৈবা অমদি মথৌ খঙনা নোম্বা কম্বা উৎহুনা অমাং-অত্তা লৈত্রবা মিংচৎ ফংখি।

খরা লৈরগা মহাক লাম্নাগী থবক থাদোক্কুনা আথেন্স খুঙ্গ দা লৈরগা মকম ভাদুগী প্রজাশিংবু ধর্ম্মতত্ব, দর্শনবিজ্ঞান, রাজনীতিন-চিংবগী মরমদা জ্ঞান পীবা হৌরমই।

নোংমদি মহাক্কী য়ুমগী মুপীনা অধীবা অয়াকপা রাহৈনা মচিন ছুম্নবা খুৎলাই ওইহনা মপুরোইবগী থম্মোইদা হম্না হম্না থারমই। মতম্ অদুদা সকরেটীজনা, মনিংথুংনা ঙাংজ-শকচবনা মাগী মুপীগী পেঞ্জবা অমদি মনীংথুংবা ওইসন্থ খন্দোক্কুনা ইমুংদগী মপান থোরক্লগা থোংজিন ময়া অমদা ফমহনা লাইরিক অমা পাবদা পুকনীং লুপ্তনা

লৈয়মই। য'তু উরগা মহাক্কী মুপী জ্যাত্তিপী অমুক হেন্না শাও-নিংবা পোক্কুনা খুংচুম চষু পায়হুনা হুতলা মথক্তা ঝাখৎলগা মপুন্নোইবগী কোকথক্তা হৈধরকখি।

মতাং অসিদা গুকপ'দি ঃ—খাঁদোঁ মতা অসিদা মহাক অশাওবা পোক্লমদে। মহাক্না নোককেং তৌনা ন্নাহৈ খরদংদি হায়রকখি "অসুক য়াম্না চথোন্না অথ'ক-অরাওগা লোইননা মেভলবা নোংনা নোংলিক খরদংফাও তাহল্লমত্রবদি কদাইদগী কজবা নীংথিনা ওইগদগে!"

অসুম্ন সকরেটীজ অ'সি মতূ'দা মতম খরতগী মনুংদা অফবা হিরমদা ম'সিং চৎপা নিপা অমা অমুক ওইরক্লমই। মহ'ক্কী পাউ-ভাক্লা মীওইব' কষাগী পুকনীং শুম্নাংদক্লে অমসুং অয়াম্বা মীনা মহ'ক্কী শিষ্য ওইনরক্লে।

অসুম্নদি ওইরবদা মহ'ক্কা নীতি চত্তবা কা'বুশিংনা মহাকপু য়েক্কবা হৌরক্লে। কাংবুশিং অসিনা অযুক-মু থিদ ন্না ত'ম্নদুনা মহাকপু মাংহন্নবা অকিবা ফংনা হোৎনরক্লে। মথোযনা হোৎনবা অতু মহম্ন য়াম্বা মঙদ্র যদা শের'ম্নবা মাইকৈ অমরোমদা অমুক পাওথোংকম পীননবা শীল্লক্লে।

য়েক্কবশি'না শন্দোরক্লি— 'ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা দেশগী, সমাজগী হান্না চংনরম্বা লমচৎ নীতি পূন্নমক থুগাইহুনা লমচৎ মোৎ-হম্বনা লৈবাক অসি নোংম-নোংমগী অমাংবা থাক্ত চাউথরকলি। অসুম্না অমাংবা ওইরক্লিবা অসিগী মরুদি সকরেটীজনি। মহাক্না অনৌবা নীতি অমা হৌদোকলকপনা অসিগুম্বা মাংননবগী মশক ওইবা ফিভম অসি ভারকপনি।'

অস্নুম্না লেপ্নহুনা য়েক্লবা ময়াম্না রায়েন-শংদা সকরেটীজগী মথক্তা কেশ অমা থাজৎলক্লে। কেশ অ'সগী মরমদা বিচারপতিশিংগী মহুংদা অমগা অমগা য়েং ভিম্নরক্লে। অয়া'ম্বগী মোত্তা সকরেটীজগী মর'ম্নি লেপ্নরে। মুমিৎ অমা লেপ্নগা মহা'কপু 'হু' পাজহুনা হাংলু হায়না রায় তা'খ্রে।

সকরেটীজবু কৌশিল্লগা রায় অসি হ'য়দোরকপা মতমদা মহা'ক মমাই মাইথেং লা'শিন্না নিংথৌগী হুকুম অহু লৌরমই।

মতৌ অহু উবদ মহা'ক্কী শিষ্য পুন্নমক অরাবা ঈপা'ক্তা তা'রমই। মতম অহুদা শিষ্যশিংনা মখোয়বু গুরুবু অতে'প্পা মফম অমদা চেন-থিবা য়া'নবা থৌরাংজগে, হায়জরমই।

মতম অহুদা সকরেটীজন' শিষ্যশিংদা মুন্না হায়লগা — "করম্বা মফমদা লৈকরগা মীওইবনা (ম্ন:) শিবগী থুত্তগী নাত্তে'কপা ঙম-গদগে? জীব পুন্নমক ঈশ্বরগী থুংগা'ক্তা লৈবনি। হৌজিক্তি ইবুংঙো মহাক্কী নিংলেন শেন্দুনা, ঐগী পুন্সিগী অরো'ইবা মতম অহু ওাইবনা ঐগীসু, ময়া'মগীসু অফবা ওইগনি।" হাইরকই।

রাইংশিং অসিনা মহা'ক্কী শিষ্যশিংগী মপুকনীং ফাহুনা নিংথৌগী হুকুম অহু ওাইরমই।

মুমিৎ অহু লাক্লবদা য়েক্লবশিংনা পিবা 'হেমলক' কৌবা ময়াই কল্লবা 'হু' অহু ময়ামগী মমাংদা থক্লগা সকরেটীজ খৃঃ মমাং ৩৯৯ দা মহাক্কী মীওইপোক্কী লীলা লোইশিনখি।

অথোইবা নিপা অসি হকচাংগী য়েক্লবা তরুকপু থুহুম চবা ঙম-থিবা মীশক অৱনি। অশাওবা করিনো, মহাক মশক থঙথিদে।

অস্নমদি ওইরবদা মহাক্কী মুপী জ্যাত্তিপীদি হিরম খুদিংদা মপুরোইবগী ওমতৈনবী মুপী অমা ওইরমই।

জ্যাত্তিপীদি মতম পুম্নমক্তা শাওত্নুনতা লৈরমই। শম্না হায়রবদা মহাক অশাওবগী মূর্ত্তিনি। লাইগী মশক ওইরবা পুকচেল ভগ্ন মপুরোইববু অয়ুক মুমিদাং থায়দনা চথীবা, অয়াকপা রাহৈতনা চৈথাংত্নুনা লৈরমই।

অত্নুম্না চৈ-থাংনত্নুনমক্তা মহাক্কী মুপীবু য়েংবীবা ঙু ঙাইতবা পোকখিদে। জ্ঞান রাক্তুনা ঙাংলিবনি, অম্নম্না থন্দুনা মাগী ভৌগদৌবা মথৌদা পুকনীং লুপ্তুনা লৈরকপা নিপানি।

অশাওববু জয় তৌবা ঙমখ্রবা, মমল য়ম্লবা নিপা অাসনা লৈখিদ্রবা মতুংদদি মরৈবাক্কী য়েক্লবা য়েক্লদবা মী খুদিংন মহাক্কী মমিং শক্ল-শোম্নখি।



# কুলাল

মগধ নিংথৌ অশোকা ংজাইবুঙেঙানি। মহাক মশক-মতৌ ফজব, ধর্ম্মদা মপুকনীং লুপ্পা যুবরাজনি।

মহাক্কী পুন্সিগী লোইনবীগী মমিং কাঞ্চন দেবী কৌই। কাঞ্চন কৌবী ইবেম্মা অসিসু ধর্ম্মদা পুকনী লুপ্পা, মপুবোইববু লাইগী মশকনি লৌবী মুপী অমা ওইরমই।

নিংথৌরেন অশোকা সনাকোন্থু মন্নুংদা অরোন অহুই পুম্নমক খঙবী, মন্নুং মপান ভূনা মনাই ওইবী, মশক মতৌ ফজবী নহাস্থু ওইরিবী মনাইন্নুবী অমা লৈ।

মনাইন্নুবী অসিবু নিংথৌরেন অশোকা লুনা-চান্না অমস্থুং থাজনা থম্বিরমই। মনাইন্নুবা অসিনস্থু নিংথৌরেন অশোকপু, নিংথৌরেন অমা ওইবগীদ নত্তনা থাক্নৈমকশেংনা অপোকপা মপাদগী হেন্না লুনা-কিনা-মুংশিনা থৌগল সেবা লাংজরমই।

অস্থম্বী মীনাইন্নুবী অসিনা কুনালবু অপাম্বা অমগী মথা পোন্না মুংশিল্লবনা, মীনাইগী রাখল কাউথোক্লুনা যুবরাজবু লম্বী-লম্ফে অমদা কোইপু-পুগে থৌরাংলক্লে।

তৌইগুম্বস্থুং যুবরাজ কুনাল ধর্ম্মগী মথা পোন্না রাজনীতি-খঙবা নিংথৌমচা অমা ওইবনা মীনাই মুবী অহুগী মপুকনাং ইনা নাহন্দনা ন্যোংমা নোংমা হৌহন্দুনা মতম শাংনা লেল্লক্লে।

মতৌ অহুম্না মতম শাংনা লেল্লক্লবদা, মহাক্না হোৎনবা অহু মহুর ন্যাল্লোইদৌগুম ঊরবদা, অপাম মুংশিগী তিম্না মহাক্কী থম্মোইদা নক্লা কল্লা চিক্লকপনা অচুম-অরান, হৌনৈ-ক্রৌনদ্রে, অক্ক-ক্ষত রাখল্লা

মাংখিত্না মবুডেঙাগী মজাইবুঙেঙা যুবরাজবু মরু ফংনা মাংহন্নবা থো-রাঙ্গে নিঙক্লে। মতম অসিমক্তদা নিংথৌরেন অশোক স্না-হুকচাং ঈরক্লে। নিংথৌরেন স্না-হুকচাং ঈবসি ফগংলকপগী মথোং খঙদনা মতম খরা শাংতক লেপ্লক্লে।

নোংমদি মীনাইন্নুবী অসিনা মীনাই অমা ওইনা মহাক্না ফংজ-ফম থোকপা। নিংথৌরেনগী সেবা লোইরম্লগা থবক অমা অসুম চখো-রকপদা লম্বীদা অন বা অমা থেংনরে।

অন বা নিপা অসিগী লাইও' অহু অশোক নিংথৌগা মান্নে হায়না মহ ক্না লোরমই। মরম অসিদগী মহাক্না অনাবা নিপা অহুবু অচিকপা মী লৈতবা মফম অমদা অচা-অথক রাস্তনা থমবিত্না লৈহল্লে।

লোংমা তাঞ্জা অমা য়েংহুবা মহাক্না মফম অহুদা চৎপ্রগ অনাবা অহুবু অথুম-অহাঙগা লাইননা 'ঙ' পীজহুনা হাত্তোক্লে অমসুং খুৎলৈ খুনা অশিবা অহুগী মপুক লেনখাইহুনা নাররিবা মফম অহু থিরকপদা, অনাবা মফম অহুদা চাওরবা তিল অমা লৈরম্বা থেংনরে। তিল অহু ফারগা মহাক্না 'তহেলো চনম মহি শুমজিন্দুনা য়েংবদা খুদক অহুদা তিল অহু শিরে।

মীনাইন্নুবী অসি নিংথৌ স্নানাক্তা থুনা-রাংনা লাক্তুনা তিহেলো-চনম মহি চাং নাইনা খর খর ফাল্লগদি স্নাহুকচাং ঈরিবা অসি ছেন-গদরা নিংবৈ হায়না হঙ্গৎলরে।

মতম কুইনা স্ন নাক্তা থোগনজররকবী মীনাই অমা ওইবনা মনাইগী স্না নিংথৌরেন্না তাবিরে অমসুং হিদাক অহু ফানবিরো তরানি-কুমি

হিদাক অহু চাংনাইনা ফাম্বদা স্নাহকচাং খৱা মুংঙাইরে, কংথু-লাকথুস্নু খৱা ভাম্মক্লে। ত'প্পা অমা চানক্লবনৱা কৱিনো— খৱা লৈরগা অনাবা কোক্লবদা নিংথৌরেনগী স্নাপুক্নীং পেনখিবনা মনাইগী মফমদা অপাম্বা অমত্তং নিঙ্গো তাকপিৱে।

স্নায়াথং অহু ফংবদা মীনাইস্নুবী অত্তুনা চয়োল অমত্তংগী ৱাজ-সিংহাসন মহাক্কী ওইনা ফংজগে, নিজৱে।

স্নাৱাথং মতু'ইন্না চয়োল অমগীদমক্তা সিংহাসন ফ লবদা, চয়োল অমগী লৈবাক্কী মবেস্ম' ওইৱবী মবেস্মা অত্তুনা মনাই খোংগলদাংনশিং খৱগী মফমদা যুবরাজ কুলাদবু স্নামাংদা পুশিল্লক্লগা মমিৎ কোথে.ক্লুনা লৈবাক ৱাংমা দান্না ভাম্মোক্কখিদবা স্নায়াপং তাউখি। খুদক ঙত্তুদা মনাইশিংনা মবেস্মাগী স্নায়'থং মতু ইন্না তাকপীৱকপা খবক অহু পাংথোকখি।

মমিৎ ত' দবা কুল'দনা চাকনিবগী ফীজেংতা স্নাকোম্নুং থাদোকপা তারবদা মপুরোইববু দাইগী মশক্কি লোজবী কাঞ্চন দেবীনা চাকনি-কোনিবীগী ফীজেং শেংত্তুনা মপুরোইবগী ওইগী অঙ্গদ লেপ্পখি অমস্নুং পুন্সিগী লমজিং মৈৱা ওইৱখি। মতৌ অস্নুম্না কুলাদ অমাদি সতী কাঞ্চন পোক্লকম লমদম থ'দোক্লুনা মীবৈবাক মাইকৈ ভম্নকাখ।

অঙকপানি মতমগী ভৌঙস্বা! নিংথৌৱেনগী মচা যুবরাজনা বীণা যন্ত্র অমত্তংদা পায়রগা মোংলবা ফী শেংতুনা মমিৎস্নু য়াওদনা চাক-নিত্তুনা চৎলিদো।

চহি মত্তাং নৌৱিবী, অৱাবা মশক খওত্রিবী, মুংশিং মুংশা দাংত্রিবী সতী কাঞ্চন— মীওইবনা হজোইনৱবা মোংলবা ফী শেংত্তুনা মপুরোইবগী খুৎশম চৈত ওইৱিদো।

নোংদম্বগী নোংদম মতম কনানা খঙউবা ঙমগবা ! মতৌ অসুম তৌনা দিল্লীগী নিংথৌরেনগী মচাইবুঙেঙানা মমিৎ অনি য়াওদনা সতী কাঞ্চনগা লোইনহ্নুনা ভিক্ষাদা ফংলকপা পোশক্লা চন্না নোংখম্রহ্নুনা কোইনা কোইনা চৎলকলি !

নোংমগী মুমিৎ অমদা নিংথৌরেনগী মচাইবুঙেঙাদ', মশম-মনা ফারবী, মোত্ত'ই চুদাইনরবী পুন্সিগী লেইনবা সতানা খুৎশম চৈঙ্গ ওইরগা পাটলীপুত্র কাংলুগী মথোংগী গেংয়'দা খঙহৌদনা থুংলখি। মখোংস থেক্লা কপ্লগা মপুরে'ইবা রাথিনি খল্লুবনা অমুক হেন্না র'রবী সতী কাঞ্চন ল'ইববা পিরাং মিত্তা শিন্থরি—কী'জন' লোন্ন' তৈংথাক্লি।

মথোং পুবা মন'ইনা মশক খঙউদবা ওইবনা থওই রাওহাংদরে, ভিক্ষা চেংজেনসু হাপ্লিদ্রে, মাকোংমু° মমুদসু চহন্দ'র ! ভিক্ষা চেংজেন ফংদ্রবদা ক'ন্নদরে খন্দুনা যুবরাজ কুনাল নিংতাংবা বীণা যন্ত্র খোংহ্নুনা সতী কাঞ্চনগা লোইননা অতোপ্পা থেঙ্গান তম্লক্লে।

বীনা মখোল তাবদা অশোক নিংথৌ থম্মোই ত'নক ওনিকখি অমসুং তাংবলদগী চোথহ্নুনা মাথোং তান্না লেঙথোরকখি। মতম অহ্নুদা শেগাইরবা মোংলবা ফী শেৎপ, মমিৎ অনিসু য়াওদবা মচাইবুঙেঙাবু সতী কাঞ্চন শকহেন্নী, ফদীদা য়োম্বা মণিনা খুংশম চৈঙ্গ ওইরম্বা মতৌ অহু উবদা নিংথৌরেন অশোক থম্মোই কায়হ্নুনা অঙাও-বগী পান্দমগুম চেনশিনখিহ্নুনা মচাইবুঙেঙাবু কোনখরে অমসুং হিক্ল-হিক্ল কপখরে।

ওহাক কপলুরগা নিংথৌরেন্না মচাইবুঙেঙা যুবরাজ অমদি মমৌ ইবেম্মা, অনিবু সনা কোমুংদা পুশিল্লকুনা মমাশিল্লুনচিংবদা শিন্নরে।

খৌগন লাংবা মনাইশিংনা মজাইবুড়েভা অমদি মমৌ ইবেম্মবু মনম মুংশিব। ঈশিংনা চাইথখরে। ফীশেৎ লৈতেংগী কাংবুনা ফজবা অনৌবা ফীজোলনা লৈতেংখরে। মন্নুং পুজারি মখৈনা মথল মথা অয়াম্বা অচা অথক অমদি মথেল-মকোই চাক এন্সাংনা সেবা লাংবা চংখরে।

অসোমদা নিংথৌরেন অশোক মজাইবুড়েভাগী রাথনা থম্মোই মুংদা চাকতুনা শাওনিংখিবামক্তনা জ্ঞান মাংখিত্নুনা মনাই শং থরদা, মশাগীত মরেংবা, হৌনৈ হৌনদে থম্বা ওমদবা, পাপ চেল্লগী মীনাই মুবীদো শ্বা মাংদা পুখোক্লগা অভাং ওসহল্ল স্নায়াথং ভাউথখরে।

স্নায়থং মতুং ইন্না মনাইশিংনা স্নামাংদা মীনাই মুবীদো পু থাক্লে অমস্নং সনা য়াথং ভাইত্নুনা লৈখরে।

মতাং তাল্লা অসিমক্তদা ধম্ম লৈবা, রথল কুপথবা যুবরাজ কুলালনা মণ্ডকতা ফী, য়েত্তুনা মপাইবুড়েভগী সনা চরণ শোক্ল থুক্রম-লগা মাগী মমিৎ কোখোকখিবা মীনাইমুবী অহুগী মথরায়দদি কনবিয়ু হায়না কিগাও সানা নিরক্লে—

'পাবুং মহারাজ। পাবুং মহারাজগী সনা হুকচাং ঈবা ফহন-খিবা ননাইমুবী অসিগী থরায়দদি কনবিয়ু।

ননাই ঐগী মায়াগী অরংবতা উহম্বা মিৎ অহু ননাই অসিনা লৌখোকপিখিত্নুনা জ্ঞানগী মিৎ ফংজরে।

ননাই ঐগী অরাবা লৈজদে; পুন্সিগী লোইনবী ননাই কাঞ্জা ননাই ঐগী লমজিং খৈরা অমদি চৈত্ত ওইজরি।

যুবরাজগী মরাহৈ তাথদা নিংথৌরেন অশোক' মীনাইমুবী অহুগী মথরায়তংদি কনবিখি।

## মীতিংঙু কিয়াম্বা।

খৃষ্টাব্দ ১৪৬৭ দা মীতিংঙু কিয়াম্বা, ইবেম্মা শেমপুং লোংপীবু মহারাণী হংপতুনা ফম্বাল তোংখি। ফম্বাল তোংবা মতুং চহি অমা লৈরগা কবোক্যাং লান্দাগে নিংতুনা পোং নিংশৌ চৌকা থাকখোম্বাবু লাল পাংঙু হায়হল্লুই। পোং নিথৌনা লাল পাংগে য়ারকখি।

খৃষ্টাব্দ ১৪৭০ দা নিথৌ কিয়াম্বা, পোং নিংথৌগা লোইননা লান্মী তেঙ্গোল পুতুনা লালগী যাত্রা তৌরক্লে। ক্যাংগা লাম্লেংনবদা মৈতৈ নিংথৌনা লাল ওমতুনা কবো ক্যাংবু লোই চম্লে।

ক্যাং লোই চল্লবা মতুংদা নিংথৌ তুরেল মথক্তা হিনা পোঙ শাতুনা মথক্তা সনালীক্ষ থারগা নিথৌ অনি কেওখত্তনা রারী-রাত্তই শানখি।

অস্তুম্না নিংথৌ অনি ররী শাংবুন তৌনরিবৈংদা মৈতৈ নিংথৌগী মন্ত্রী মৈহোৌরা বিশুগা পোং নিংথৌগী মন্ত্রী চাপাকতেদেগা মন্ত্রী অনি লম য়েন্নখি। মৈতৈগী লমথৈনা নোংপোকলোমদা নিংথৌ তুরেল রাংমদগী লোইজিরি তৌলান চৌংথোং ফাওবনি থঙনবা পণ্ডিত থোঙাই যনা মুঙপাক্তা ইতুনা থম্লে। মথারোমদা তখেল, নোচুপ্তা কাছার মালুগ্রাম, অরাংদা তেখাও-শিবসাগর ফাওবনি, অস্তুম্না লেপ্লরে।

লেপ্থ্রবা লম অসিদা করিগুম্বদস্তু পোং নিংথৌনা খুংখিং-জিন্দবা হায়না নিংথৌ অনি য়ানতুনা রাশঙ্করে। মতম অসিদা কবোগী নারান পেরে থোবগা মৈতৈগী শেক্তা পুং ১২ য়েবগা ওন্নখি। রারী রাভাই শানবা লম য়েন্নবা লোইরগা, নিথৌ অনি হন্নরসি হায়নতুনা বিদায় তৌনরে। মতম অসিদা পোং নিংথৌগী ওকশমদা

কীনা য়োম্লগা পুরিবা শ্রীবিষ্ণু ভগবান অদু মথম্লভা কন্ কন্ চোং-লকখি। শ্রীবিষ্ণুভগবান্না মনাইদা উৎপিরক্লিবা খুদম অদু উবদা পোং নিংথৌনা শ্রীযুৎপু ভহাক খামদুনা হায়রকখি—"ইশু ইবুঙেঙা মহারাজ! ইপুনা চচ্চবা মাইকৈদা, মফম মতম পুম্বদা লোইনজবা ঈশ্বরনা ইশু ইবুঙেঙাগীদা লেঙলগে হায়না, ইপুগী মংদা তাকপিবা ভানফম ফনা য়'ম্লক্লে; অদুবু ইপুনা ঐগী ইবুঙেঙাবু থাদোকচনিংদবনা ইশু ইবুঙেঙাদা থক হায়দোকচদে। ভসি'দি ঐগী ইবুঙেঙানা নপুগীদা অমুক: লেঙশিল্লি দ্রমাল্লে— লেঙলগে লেংলগে হায়না হম্না হম্না তাকপিরে।"

রাহৈ অসি হায়রগা পোং নিংথৌ, মমিত্তা মপি শীন্থনা মঙক্লগী শ্রীবিষ্ণু হুকতোক্লগা" শ্রীযুৎ মৈতৈ নিংথৌগী ভকশমদা হুক্রকখি।

শ্রীযুৎ মহারাজ সনা পুকনাং মুংডাইনা লেঙলক্লনা লমাংদোংদা লেঙশিল্লি। শ্রী বিষ্ণু লেঙশিনবি হায়দুনা লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌনখি। সাহেবশিংনা বিষ্ণুপুব হায়বা থোক্তবদগী বিশেনপুর, বিশেনপুর হায়খিবদগী হৌজিক্কি বিশেনপুর হায়নখরে।

লোয়রবা।